# খনগৎলবা ভারতকী শৈরেং

সম্পাদক

আই আর, বাবু সিংহ




দি কলচরেল ফোরম, মণিপুর

# খনগৎলবা ভারতকী শৈরেং

( *Khangatlaba Bharatki Sheireng* : **Selected Indian Poetry, a translation of selected poems by Indian poets into Manipuri** )

Published by : The Cultural Forum, Manipur
B.T. Road, Imphal




অহানবা কোঙবা : নবেম্বর, ১৯৯৩ ইং
কোপী মশীং : [illegible]০০


লাইরিক ফংফম :

এস, আই, এণ্ড কোং
পাউনা বাজার, ইম্ফাল
ফোন নং ২২৩৮৮০

মমল লুপা ২৭/-

নমফম : ইবোয়াইমা প্রিণ্টরর্স
লোক্লাওবুং, ইম্ফাল

# অফোঙবগী ৱারোল

"থনগৎলবা ভারতকী শৈরেং" গী লাইরিক অসি ফোঙনবা হোৎনবদা সম্পাদনগী থবক্তা মায়পুনখিবা আই আর, বাবু সিংহবু থাগৎচরি। লাইরিক অসিদা ফোঙজরিবা শৈরেংশিং কয়া অসিবু অনুবাদ তৌবিরকপা অনুবাদকশিংদা তৌবিমল খঙবা উৎচরি। ভারতকী তোঙান তোঙানবা লোল কয়াগী শৈরেংশিং অসি মণিপুরীদা হন্দোক্লগা ফোঙজগে হায়না অয়াবা পীবিনবা মরী লৈনবা মফমদা হায়জখ্রে। মণিপুরী শৈরেং থরস্থু হাপচবসিদা অয়াবা পীবিরকপা কবিশিংবুস্থু তৌবিমল খঙবা উৎচরি। মণিপুর য়ুনিভর-সিটিগী টি,দি,সি, আর্টস কী মণিপুরী কোরদা তন্নবা লাইরিক অমা ওইনা থনবীরকপগীদমক্তা য়ুনিভরসিটি অসিগী মরী লৈনবা পুন্নমকপু ফোরমনা থাগৎচরি। লাইরিক অসিবু হেন্না ফগৎহন্নবগীদমক্তা অপাবশিংনা তাকপিরকপশিং হরাওনা লৌজগনি।

ডাঃ ঐচ, বিহারী সিংহ,
জেনরেল সেক্রেটরি
দি কলচরেল ফোরম্, মণিপুর

নবেম্বর ৩০, ১৯৯৩ ইং

# ব্রাহৌদোক

পুনসিগা শৈরেংগা তাংকক কয়াদা, মওং কয়াদা মরী লৈনৈ। মীওইবনা মাওলোমদা অস্থুম অস্থুম চওশিল্লকপগী খোঙচৎ অসিগী শাংলবা ইতিহাস অসিগী মতাং মতাং কয়াদা মীওইবনা শৈরেংবু মা-য়পাকপগী পুকনিং-মতৌ ফোঙদোকপা, অরা-অনা, মায়থুবগী তীং শোকপা থম্মোইগী মিকপথোল, নৎত্রগা শকখঙত্রবা তাইবংপান অসিগা মায়োক্লরকপদা পোকলকপা ধর্ম, কর্মনচিংবা থৌদোক-ব্রাথোক কয়াগী মীৎয়েং, ব্রাথল উৎপা তাইবংগী খোঞ্জেল ওইনা শীজিন্নরকই। মীৎয়েং অসোমদগী হৌখ্রবা যুগ কয়াগী, ঙল্লিউে মতমগী লাইশোন-তিনশোনগী মওংদা লৈবা শৈরেং কয়া অমস্থুং অকক্লবা চপ চাবা কাওলুপতা হাপচিনবা, য়াওহনবা ব্রাববা মফোঙদোক কয়া অমস্থুং জাতি, কাঙলুপ খুদিংগী চিনবুংদা লৈরিবা মীয়ামনা পাম্নরিবা শৈরেং মওংগী মফোঙদোক ময়াম অসি মী-ওইবনা শৈরেংবু পুনসিগী থৌদোক-ব্রাথোক কয়াগী মতাংদা অরা-নুংঙাই পুকনিং ফোঙদোক্লবা অমস্থুং ধর্ম-কর্মগী ওইবা মীৎয়েংদা শীজিন্নরম্বনি। শৈরেংদি মীওইবগী পুকনিংগী মমিনি, মীওইবগী মশক, মমি উৎনবা, ফোঙদোক্লবা কূপ্পবা কলা অমনি।

ফজবা, নুংশিবা, নুংঙাইবা হায়বনচিংবা এবস্ট্রেক্ত ওইবা গুণ-শিং অসিগী মীওইবদা মফম, মতমগী মতুংইন্না মমল লৈবগুম শৈরেংগীসু পুনসিদা মমল লৈ, শৈরেংদগী ফংবা কান্নবা, শৈরেংনা

পীবা কান্নবা হায়বা অমা তোপনা লৈত্রবস্থু। মমল অসি লৈবদগী মীওইবনা যুগ যুগ লান্না মওং কয়াদা জাতি, কাঙলুপ খুদিংমকনা শৈরেংবু পুনসিগী মতাং কয়াদা মওং কয়াদা, শীজিন্নরকলিবনি অতৎ-অথম লৈতনা। মীওইবগী ইতিহাস, সভ্যতা অমদি পৃথিবী অসিমক করিনো অমা তৌজুনা খোঙচৎ লেপথ্রে নত্রগা পূমকায় কায়থ্রে হায়না খল্লবদস্থু অকাই-অতোই মরক্তুদগী লেমহৌখাক অদুগী মরক্তা হিংহৌবা মীওইনা করিনো মওং অমদা মীওইবগী শৈরেং, মীওইবগী কূপলবা থম্মোইগী খোঞ্জেল অদুদি শৈরেং ওইনা ফোঙ-দোরক্কনি। মরমদি মীওইবগী মুংগী খোঞ্জেল অমসুং মাগী পামজবা, নীংজবা কয়াগী মপাউনি শৈরেংদি।

পৃথিবী অসিদা সভ্যতাগী খোঙচৎ অসিদা অমগা অমগা শক-খঙনবা, হেন্না নকশিন্নরকপগী মতৌ অস্থুম অস্থুম উৎলকই অমসুং সাহিত্য অমদি শৈরেংগী লমদস্থু অসিমঙাই। ফোঙদোক্নবা পাম্বৈদি তোঙান তোঙানবা লোন্না ওইজরবস্থু মতম অসিগী অইবশিংগী পুকনিংগী মশক অমসুং মখোয়না থেংনরিবা ফিভমশিং অদুদি অম-হানি। মরম অসিনা মতমগী অইবশিংগী পুকনিংগী পোৎথোক ওইরিবা মথল,মওং কয়াগী সাহিত্যদা মান্নবগী মতৌ অমা য়াওরকই।

য়াওরকলিবা, থেংনরিবা মান্নবগী মতৌ-রাখলদা, মীৎয়েংদা, ফোঙদোকজিবা মওংদা লোন খেন্নরবস্থু ময়াম অসি খঙবা, অমসুং নৈনবনা ঐখোয়দা মীওইবগী ওইবা অপূনবা মীৎয়েং অমা পীবদা নত্তনা মীওইবগী সাহিত্যগী মশক অমা লেপপদা মতেং ওই। হৌজিক্কী মতম অসিদদি লোন অমখক্কী সাহিত্য খঙবা, নৈনবনা

সাহিত্যদগী ফংনিংলিবা পান্দম অমু মপুংফানা ফংবা ঙমল্লে। ইশা ইশাগী লোনগী সাহিত্য মশক খণ্ডবগা লোয়ননা অতৈ লোন কয়াদা ইনরিবা, চৎনরিবা কয়াস্মু পাবা, খণ্ডবা, নৈনবা তাই। মস্মুম তৌরগা, চাংদমন্নবা, মান্নবা, খেন্নবা কয়া খণ্ডোকপনা ইশাগী লোনগী সাহিত্যগী মীৎয়েং অমা অচুম্বা ফিরেপতা থম্বা ঙম্বতা নত্তনা ইশাবু হেন্না পাকচাউবা মীৎয়েংগী লমদা পুশিল্লকই।

লাইরিক অসিদা খনগত্তুনা হাপচরিবা মণিপুরী লোন্দা হন্দোকলিবা ভারতকী তোঙান তোঙানবা লোন কয়াগী শৈরেংশিং অসি পারুরগা, নৈনরুরগা মথক্কী লম অসোমদা মীৎয়েং থরদং ওইনরবস্মু য়াই হায়না পুথোকচবনি। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা শৈরেংশিংবু ইবিরকপা অমস্মুং শৈরেংশিং হন্দোকপিরকপশিংবু থাগৎচরি।

ইম্ফাল,
নবেম্বর ১৪, ১৯৯৩

আই আর, বাবু সিংহ

# য়াওফম তাকপা

# খনগংলবা ভারতকী শৈরেং

[ বিশ্বনাথ প্রসাদ তিৱারী উত্তর প্রদেশকী রায়পুর ভায়সাহি হায়বা মফম অদুদা খৃঃ কুম ১৯৪০ দা পোকই। গোরাখপুর য়ুনিভরসিটিগী এমঃএঃ, পিঃ এইচঃ দিঃ দিগ্রি লৌরগা য়ুনিভরসিটি অসিমক্তদা হিন্দী দিপার্টমেন্তুতা ওঝা ওই। "চিজোং কো দেখ কর", অমসুং "সাথ চলতে হুয়ে" হায়না মিংথোনবা শৈরেংগী লাইরিক অনী ফোঙখি। "ছায়াবাদোত্তর হিন্দী গদ্য সাহিত্য" "নয়ে সাহিত্যকা তর্কশাস্ত্র" অমসুং "আধুনিক হিন্দী কবিতা" কৌবা নৈনবগী লাইরিক ই অমসুং "অজ্ঞেয়" হায়বা লাইরিক খোমজিন্দুনা পুথোকই। ]

## মৈ

মতমদো মৈখেৎ পুথোক্লরকখিদ্রি
মৈ খরদি ইমানা য়োক্লুনা মথম্মী
অয়ুক্কা তল য়াইনবা

অহিংদা মীপুম তিংনা তূম্নখ্রবা মতাংদা
ইমানা মৈবু ওমহুনা থমখি
কাচিন অমদা
মমল নাইদ্রবা রতন অমগুম

নৌজরিবা নারা অপিখক তমগুম
তনৌ-তনৌরিবী কন্যা অমগুম
নোং খাকলকখি অহিং কয়া
নোংথাং কুপলকখি
লৌবুক্তা লমহুই তিংখৎ তিংখত্তুনা খোংলকখি
'তুগা লমজাও সোরোক্তা হুইনা কপখি
ঐখোয় কিবনা তুম্পক তাশিন্দুনা লৈখি
ইমাগী তম্পাক্তা
অমম্বগী লাল্লক অত্তুদা
ইমাগীদি কবচ কুণ্ডল 'ওইনখি মৈ
উৎনা কুপ্পা
ইমাগী থমোয়গুম তনিক তনিকখি
ইমাগী মঙলানগুম তচোং তচোংখি
ইমাগী আশাগুম ঙানখৎলকখি
ইমানা ঐখোয়বু ফাথখি
'ইমুংদা মৈ লৈরি
ভূৎ-প্রেৎ কনাস্মু চঙঙকপা ঙম্মোই'
অমম্বা মরক্তা ইমা তপ্পা হৌগৎখি
মৈবু অমুক্কা হেন্না চেকশিনজনা
ওমশিনখি উৎতা
ঐখোয়বু ফিজিমুংদা খোমলাং পীথকপগুম।

হন্দোকপা : দীনমণি

[ গোপাল কৃষ্ণ অদিগ খৃঃ কুম ১৯১৮ দা কর্নাটককী মোগেরী হায়বা মফমদুদা পোকই। ইংরেজীগী এমঃ এঃ পাশ তৌরগা সাগরদা লৈবা লাল বহাদুর কলেজ অমসুং উদিপীদা লৈবা পূর্ণ প্রাজ্ঞ কলেজগী প্রিন্সিপাল ওইরম্মী। মমৈদা নেশনেল বুক ট্রষ্টকী দিপুটি দিরেক্টর ওইরম্মী। "ভবতরঙ্গ", "ভূমি বীজ", "বর্দ্ধমান" অমসুং "ইদান্না বায়সিরলিলা"কৌবা শৈরেংগী লাইরিকশিং ফোঙ-থি। "অনাতে" হায়বা উপন্যাস অমগা "মন্নিনা বসানে" কৌবা ব্রারেংগী লাইরিকসু ইথি। "বর্দ্ধমান" হায়বা শৈরেংগী লাইরিক অসিগীদমক খৃঃ কুম ১৯৭৪ দা সাহিত্য একাদমিগী মনা ফংখি। মহিশুর য়ুনিভরসিটিগী বিঃ এমঃ এসঃ হায়না খঙনবা শৈরেং ইবগী-দমক পীবা সনাগী মেদল খৃঃ কুমঃ ১৯৪১ দা কর্নাটক সাহিত্য একাদমি এৱাদ খৃঃ কুমঃ ১৯৭৩ দা ফংখি। ]

## য়ুম লৈজদবা

য়ুম লৈজদবশিংদো
ফুটপাথতা ময়ুম লিংলগা
নোং হেক ঙাল্লকপদা
মপোৎ-মচৈ লোইনা তাশিনজৈ
পাংথক্লে উশাদা পল্লিবা
থংথন থল্লকপা চুমথাংবু পায়দুনা
দুকানগী মাঙ্গোন্দা

পার্ককী মুঙনা চনবা বেনচগী উচন-লাংদাইদা
নীংখায়রবা ফুরাদলানগী খঙনিব্রবা কাচিনগী
তিংখং পানবা পাম্বীলক্কা
লীরি চিং'
পান্দম লাক'
তেঙ্গাপতুনা
তেনগুম্বা মরু লিংলগা
নানথোক্নুনা
তোঙান তারগা
মুঙশুককুম্বা নোংলীক্কী নোংজুদা
অতুম তাউথোকখ্রবশিং অতুগা
ইখঙ খঙহৌদনা
তরঙদগী কাপথোরকপা থরানমিচাক মথীদা
উফুল তাথ্রবা
তুইগা ওনশিন্নতুনা চৌকখায়নরিবা
নালাদা লংশেক্লবা
লুথাকলাগীদমক্তা
পুংমোৎ মোৎলগা
অমোৎপা মরক্তা পৎথ-পুমথরকপা
মনুংদ-মনুংদা হল ওন্দুনা তাউথখরবা মথোয়গা
অকি' ফংবা মৈশারক্তা
উশা-রাশানা পাঙ্গং শাবগুম

ফজ্রবা মতমদা
শরূ পোলাংগী খ্দম ওইরগা
অত্থম্মক লৈগ্রবা
মপু খনবদা
মণ্ডক নোনবদা
অস্থম স্থপচিল্লক্ত্না
লৈবা মম্নাম
শাংদোরক্ত্না মখোয়গী মৈরী
রাংখৎলকখিবা
মখোয়বু নমশিন্দুনা
মৈতাল অরাবা ওইহল্লগা
অরোবা অরাবা ওইহল্লগা
অরোবা মৈতাল মচেৎ ওইদুনা
অত্থম্মক মূৎথখরবা
কারখানাগী অমম্বা কাদা নুংস্থক নুংজাননা
উরু-উরু উংলিবা চক্রগী
য়োংচৈ মচা' মা ওইদুনা
চপথায়রগা
মোরোক মকুপ ওইদুনা
হু চেলহল্লগা
নাক-য়েৎপু মিলগী মৈখু থোকফমগুম
খৎনবা কোয়হৌ হৌদুনা

হিংসা নোংলৈ-নুংশিৎতা
লূপত্রবশিংদো
শিন-শিনা হিংজবা
শেন্দানজবা
তুংগী করিস্মু লৈত্রবা পুন্সিগী
হার শেমদুনা
লৈজবা
পোমক্রি কান্থ
নীংকীদা হোৎনজরবা
শাজরিবা
পোলাং থন্না
নুং লৈবাক কংক্রিট
থোনগৎ থোনগৎতুনা
নোংদোন খেৎপা নুংয়ুম
উরেদনা ?
মথোন তরা রাংবা
নোংদোন খেৎপা শঙলেনবু
উরেদনা ?
অহুগা তাথোদো
মশাগী
অইং-অশা চাং অমদা থম্বা খূৎলাইগী
মদোম শোনজবা
অরোনবা নুংগী খোঙ্গেলবু ।

হন্দোকপা : দীনমণি

[ বীরেন্দ্র কুমার ভট্টাচার্য্য অসমগী শিবসাগর জিলাদা খৃঃ কুম ১৯২৪ দা পোকই। কবিনি, উপন্যাসকারনি অমসুং জর্নেলিষ্ট-নি। সাহিত্য একাদমিগী ১৯৮৮ দগী ১৯৯২ ফাওবা প্রেসিদেন্ত ওই। "রামধেনু" অমসুং "সদিনিয়া নবযুগ" কৌবা চেফোঙ অমগী ইদিটর ওইখি। "ওই" (১৯৫৮), "ইয়ারুইঙম" (১৯৬০), উপন্যাস অসিগীদবক খৃঃ ১৯৬১ দা সাহিত্য একাদমি মনা ফংখি। "সাতম্নি" (১৯৫৫), "মৃত্যুঞ্জয়" (১৯৭০), উপন্যাস অসিগীদমক খৃঃ কুম ১৯৭৯ দা জ্ঞানপীঠ মনা ফংখি), উপন্যাসশিং ই। "কোলাং আজিও বোই" (১৯৬১) মিংথোনবা রারীমচাগী লাইরিক অমসু ই। মহাকী উপন্যাস অমসুং রারীমচা কয়া লোন কয়াদা হন্দোক্লূনা পুথোক্লে। ]

# অন্তরতম

## ( থম্মোয়নসুংদা )

ফোঙডমদ্রবা হকপান্দবা রাহৈ কয়ানা
শাপকী তেন্না পাল্লবী উর্ব্বশীগী মতোগুম
মথরায় য়াওদ য়ামফক তাডুনা লৈরি।
পুন্‌সি চুপ্পা হোৎনদুনসু
মখোয়বু হুগৎপদি ঙমদ্রি।
ঐনি
অপূনবা রাহৈশিংনা পুন্‌সি-মহৈ লোক্কে থোরাংলিবা

অরৈবা-মীনায় হায়বত্থু ;
মন্ত্রগী রাহৈ কয়ানা
ময়েক থায়দোকপদব্ পূজা তৌরিবা
লল্লোনবা অমা ।
তৌবদি ঐগী ইশা 'সিমক্তদা তুমথুন তাল্লি সেক্রেটিস
থম্মোয়দনা লোন থোক্ত, তাত্থুনা লৈরি কালিদাস ।
থম্মোয়নুংদা
লোনথোক্ত্রবা রাহৈশিংত্থু ।

হন্দোকপা : অরিবম কুমার শর্মা

[ বলরাজ কোমল খৃঃ কুম ১৯২৮দা সিয়ালকোটতা পোকই। পঞ্জাব য়ুনিভরসিটিদগী এমঃ এঃ পাশ তৌরগা দিল্লী এদমিনিষ্ট্রেশনগী মথাদা এজুকেশন ওফিসার ওইনা থবক তৌখি। মির একাদমি, লক্ষ্নৌদগী ইমতিয়াজ-ই-মির মনা ১৯৭৭ তা ফংই। পঞ্জাবীনা মমা-লোন ওইরবস্থু উর্দু লোন নিংথিনা খঙবা অমস্তুং লোন অসিদা সাহিত্যগী লাইরিক কয়া ইবা মীওইনি। "মেরী নাজমেঁ" (১৯৫৪), "রিশতা-ই-দিন" (১৯৬৩), "সফর মুদম সফর" (১৯৬৯), (শৈরেংগী লাইরিক অসিগীদমক খৃঃ কুম ১৯৭১ দা য়ুঃ পিঃ উর্দু একাদমি এরার্দ ফংখি), "ইনতিখাব" (১৯৭১), "নিজাদ-ই-সংগ" (১৯৭৬) মিংথোনবা শৈরেংগী লাইরিকশিং ই। খৃঃ কুম ১৯৬৮ দা ইবা উপ-ন্যাস "হরিয়ালীকা এক টুকরা" কৌবা অসিগীদমক খৃঃ কুম ১৯৬৯ দা ভারত সরকারগী মনা ফংখি। ]

## গোল্ড রশ

### ( সনাগী মহাও )

শকখঙদবা লম্বী কয়াদা
চৎনরিবা মীওইশিংনা
অমনা অমবু
খুঙ্গং খুদিংদা
নমথ-নেথৎপিরগা
চৎলি মাঙ থার-থারদুনা

মখোয়শিংসে
মীওইশিংহুনিনে
চৎলিবা কোয়থি থিরহুনা
সনাবু
ঝঞ্জ চাউনা
মখোয়গী মমা-মপা মচীন-মনাউ
মখোয়গী ওইবশিংনা
ওম্নমক চৎনখ্রিবা শকথঙদবা লম্বীদা
মসিবু থিবদা
মতম অমা হৌখ্রে
চৎখ্রে
কদায়দনো ফংগদবা
ফংনি ফংলোই হায়বসু
খঙদেনে কনামত্তনা
অমম্বা, শুক-শুনা মম্নবা
মায়কৈ মরীমক্তা
চিংনবা লৈতনা মীয়াম্না খুরুপ থারহুনা
চৎনরি চেল্ল-চেল্লহুনা
ময়ুম
অমস্তুং মথুঙ্গং থাদোক্কনা লাক্লবনি
মখোয়
তারে ওম্নমক চাক্লি হায়বা

পুন্নমকপু
উৎ ওলহল্লহুনা চৎনরিবনি
সনাসিগীদমক
ককঙাওনরবা লম্বীচৎপহু
তেক্ত-কায়দনা
উনরবস্থু করিগুম্বদা
ফিজেৎ-ফিগায়লক্তা চেঙজেল থরা
য়োমশিল-লোৎশিল্লহুনা
হন্নরকপা ময়ুম মায়কৈ তন্না
চৎখিবা তারবস্থু কদায়দনো চৎখিগদবা
হল্লকপদা মৈখুতনা কুপশিল্লবা
মখোয়গী মল্লবা য়ুম
তেকথ-কিনথখিবগী লেমহৌথাক
ফংলবস্থু মখোয়না মহুবু করিগুম্বা
লম্বী য়েংল-ম্বেংলহুনা
মফমহুদা মখোয়গীদমক
নৈরমগদগে কনাবু ?
শকখঙদবা অপীকপা লম্বী
ময়ুম ফাওবা চৎলিবহুদা ।
লুরিবদি মতমহু ফাওবদা
লৈত্রিনে করিগুম্বা খুদম অমত্তস্থু মাগীনি হায়বা ।

ছন্দোকপা : লনচেনবা মীতৈ

[ প্রিটিশ নন্দী খৃঃ কুম ১৯৪৮ দা পোকই। কবি, অনুবাদক অমস্তুং জর্নেলিষ্টনি। মহাক্না পুথোকখ্রবা লাইরিকশিংগী মনুংদা পনবা য়াই: "ওফ গোডস্ এণ্ড ওলিভস্" (কবিতা, ১৯৬৭); "ওন আইদর সাইদ ওফ এরোগেন্স" (কবিতা, ১৯৬৮); "আই হেণ্ড ইন টর্ন মাই নেব্বুক থৃথ" (কবিতা ১৯৬৮), "ফ্রোম দি আউটর বেঙ্ক ওফ ব্রহ্মপুত্র" (কবিতা ১৯৬৯); "মাস্কস টু বি ইণ্টর-প্রেটেদ ইন টার্মস ওফ মেসেজ্জ" (কবিতা, ১৯৭০); "দি পোইট্রি ওফ প্রিটিশ নন্দী" (কবিতা, ১৯৭৩), "ধৃত্তরাস্ত্র দাউন তাউন" (কবিতা, ১৯৭৪); "সেলেকটেদ পোইএম্স" (কবিতা, ১৯৭৫) অসিনচিংবা। কবিতাগী লাইরিক ইদিত কয়া তৌই, বাংলাদগী ইংরাজীদা অনুবাদ তৌই। মহাক নীংতম মতুংগী ভারতকী শীং-থানরবা ইন্দো-ইংলিস কবিশিংগী মনুংদা মরুওইবা অমনি। ]

# মখোয়না মহাকপু দেশপ্রিয় পার্ক মনাক্তা ফংখি মমৈথংদা

মখোয়না মহাকপু দেশপ্রিয় পার্ক মনাক্তা ফংখি মমৈথংদা
চুরুট মৈখুনা চুশিল্লবা ময়াশিং অদু আশা য়াওদনা ক ক-ক্রক
চীকশিল্লদুনা অমস্তুং মহাকী মোংলবা শাংলবা রাউথাংনবা মশম
অদু নুমিদাংদা চোইজাইননা শন্দোক্তুনা লৈরম্বা
তৈরিবা ঈনা উংলকই মশাদা শোক্লিবশিং অদু
অশোক-অপন থোক্লগ্লব্রবস্থু য়ারবনি মরমদি মহাক শিরবনি হাগ্না

অতেকপা ফাল অদুদা ফমলিদৈ
থল্লদুনা মহাক্কী ইমুংগী মীকোক তরেৎকী চারাম্নবগী মরমদা
মসিমক্লস্থু মহাকপু মফম অদুদা পুরকখিবনি
মখোয়না মহাকপু চৎখ্রো হায়খিবা মতমদুদা
অস্থুম থোককনি হায়বসি খঙখিদে
অহাংবা চৌকি অমা ফাইল অহুমথক নত্তুনা
মনোহরদাস কত্রা*দা হান্ন হান্নগীগুম থবক সূনরি
মহাক্না নুমিদাং থুদিং মহাক্কী অমত্তা ঙাইরবা কা অদুদা হল্লকপদা
মীকোক তরেৎকী অরামখোরাংনা মহাকপু ঙাইদুনা লৈরম্মী
নোংমথক্কুং নত্তুনা
নোংমা অদুদনি মখোয়না মহাকপু দেশপ্রিয় পার্ক মনাক্তা ফংখিবদু
মমৈথংদা
চুরুট মৈখুনা চুশিল্লবা ময়াশিং অদু আশা য়াওদনা ক্‌ক ক্‌ক
চীকশিল্লদুনা অমস্থুং
মহাক্কী মোৎলবা শাংলবা রাউথাংনবা মশম অদু নুমিদাংদা
চোইজাইননা শন্দোক্লুনা লৈরম্বা।

হন্দোকপা : এল, দামোদর সিংহ

---

*কলকত্তাগী বর বাজারগী মনুংদা লৈবা কৈথেল অমগী মমিং

[ নিসিম ইজেকিএল খৃঃ কুম ১৯২৪ দা বোম্বেগী ইহুদী ইমুং অমদা পোকই। বোম্বে অমসুং লণ্ডন্দা লাইব্রিক তম্লকই। বোম্বে বিশ্ববিদ্যালয়গী ইংরাজীগী প্রোফেসার ওইরম্মী। মহাক ইন্দো-ইংলিস কবিশিংগী মনুংদা মরুওইবা অমনি। "এ টাইম টু চেঞ্জ" (কবিতা ১৯৫৩); "সিক্সটি পোইএম্স" (কবিতা, ১৯৫৩);"দি থার্ড" (কবিতা ১৯৫৯); "দি অনফিনিসদ মেন" (কবিতা, ১৯৬০); " দি একজেক্ট নেম" (কবিতা, ১৯৬৫); "হিমস্ ইন ডার্কনেস" (কবিতা, ১৯৭৬); "লেত্তর দে সামস্" (কবিতা, ১৯৮২, সাহিত্য অকাদমি মনা ফংগ্র-বা); "এদ্রিনবর্গ ইন্টর্লুদ লাইটলি" (কবিতা, ১৯৮৩); অসিনচিংবা। সাহিত্য অমসুং চিত্রকলাগী হীরমদা অইবা কয়া পুথোকপ্রবা অমসুং রেডিয়োদা রা ভাওপ্রবা মীনি। মারাঠিদগী ইংরাজীদা অনুবাদ তৌবগী থবকসু পায়খৎখি।

## বৃশ্চিককী অহিং

ঐ নীংশিংলি বৃশ্চিক অমনা
ইমাবু চীকখিবা অহিং অমা। পূং তরা
লেপ্তনা চুখিবা নোং অহুনা ময়ম ওইরহুনা মহাক
চেঙ বোড়া অমগী মথাদা চঙখিবনি।
মহাকী মমৈদা য়াওরিবা
তমখিরবা হূগী মৈশা কাপশিল্লয়গা

মহাক নোং অহু অমুক খেংনখিবনি।
লোউবশিংহুনা চেনশিল্লরুগা
হুম্নিং মপৈ মপৈ পাইশিল্লকপগুম
ঈশ্বরগী মিং চাম্মরক হুন্না শোনখি
ফত্তবা লাই তানখোকখিনবা।
মখোয়না পায়রকপা মোম্বতি লালতেলশিংগী মৈঙাম্না
নুমিৎকী মৈশা লাংলুরবা য়ুমগী ফক্লাংশিংদা
বৃশ্চিক মানবা চাউরবা মমি কয়া তাহল্লি
থিখি মখোয়না মাবু: অহুবু ফংবদি ঙমখিদে।
মখোয়গী মরৈশিং মখোল খোক্তনা থৎলি।
মখোয়না হায়খি বৃশ্চিক অহুনা মশা লেঙলিবা খুদিংগী
মাগী হু অহুনা ইমাগী ঈ তোংদা চঙখিবনি।
মখোয়না হায়, মহাক অহুমক লৈখিসনু।
মখোয়না হায়, নঙগী হৌখিবা মপোককী পাপ্ পুম্নমক
ঙসি নুমিদাং অসিদা কোকথ্রসনু।
মখোয়না হায়, নঙনা ফংলিবা চৈনাখোন অসিনা হন্থহল্লসনু
মথং মপোককী খুদোংথিগদবশিং।
ওইদবা পৃথিবী অসিদা
অফবা পুম্নমককী মায়োক্তা লৈরিবা
ফত্তবা পুম্নমককী মশীং
নঙগী চৈনা অসিনা হন্থহনবা ওইরসনু।
মখোয়না হায়, নঙগী ঈ-তোংগী

অরাম-থৌরাংবা অমস্তুং আশা পুম্নমক
হূ অসিনা শেংদোকখিবা ওইরসনু। অহুদগী মখোয়
লৈমায়থক্তা কোয়না ফমথখ্রে। ইমানা ময়ায়দা লৈরগা
মখোয় খুদিংগী মাইথোংদা শান্তিগী মঙাল উই।
মোম্বতি, লালতেল, লৈকাইগী মী
তীন-কাংগী মশীং হেংগৎলকই, নোং লেপ্তনা চুরি।
ইমাগী মশা খপচিং খপচিং চিংই
ফক মথক্তা য়ামফক তাহুনা নাহেরি।
থাজগন্দবা, অহুগা নাতৈচাবা রাখলদি খঞ্জবা ঐগী পাজিস্তু
য়েংলি ময়েক পানবা হায়দুনা শাপ, বোর খুদিংমককী
পাউদর, মনামশীং, য়ানশিল্লবা হীদাক থারিবা খুদিংমককী
মহাক্তা ফাওবা মোম্বতি মহী হৈজিল্লি
চীকখ্রবা খোঙনাওবী অহুদা, অহুগা মৈখেৎ খেত্তুনা মৈ চৎশিল্লি।
মৈনা ইমাগী খোঙদোন চাকপহু ঐনা য়েংই।
হূগী ময়াই চম্নবা মন্ত্র শোন্দুনা
মাইবা অহুনা থৌ তৌবহু ঐনা য়েংই।
পূং কুন লাইকম্নরবা মতুংদা
হূগী ময়াই মাঙখিরম্মী।
ইমানা মসিদং হায়খি
থাগৎচরি ঈশ্বর, বৃশ্চিক্লা ঐবুতা চীক্তুনা
ঐগী ইচাশিং কনবিয়ে।

হন্দোকপা : এল, দামোদর সিংহ

[ এম, ভি, কৃষ্ণ ৱারিয়র খৃঃ কুম ১৯১৬ তা কেরালাগী নেরুভিসেরি হায়বা মফম অতুদা পোকই। এমঃ এঃ, এমঃ লিটঃ, বিঃ ওঃ এলঃ, সাহিত্য শিরোমণি, ব্যাকরণ ভূষণম পাশ তৌরগা সংস্কৃত হায়স্কুল, কালাদিগী হেদ মাষ্টর ওই। ত্রিচুরদা লৈবা কেরলা বর্মা কলেজদা মালয়ালম লোনগী লেকচরর ওই। "মাতৃভূমি" গী এসিষ্টেন্ট ইদিটর ওইখি। ষ্টেট ইনষ্টিট্যুৎ ওফ লেংগুয়েজেসকী দিরেক্টর ওই। "কুংকুমম" কৌবা চয়োলগী চেফোঙ অমগী চিফ ইদিটর ওইখি। "নীল্তা কবিতাবাল", "কুরেককুটি নীল্তা কবিতাবাল", "কোচছুটোমন", অমসুং "গানধীয়ম গোদসেয়ম" মিংথোনবা শৈরেংগী লাইরিকশিং পুথোকই। "বলাৎটোলিস্তে কাব্য শিল্পম" কৌবা সমালোচনাগী লাইরিক অসিগীদমক খৃঃ কুম ১৯৭৯ দা সাহিত্য একাদমি মনা ফংখি। "এ হিষ্ট্রি ওফ মালয়ালম মিটর" কৌবা লাইরিক অমসু ইংরাজী লোন্দা ই। ]

# য়েনবারাবা অমসুং নোংঙাল্লকপা

য়েনবারাবা অমনা খোংবদা নুমিদাংগী মতম লোইরে হায়রবদি
ঐনা য়েনবা চাম্মা খোংহনবা ঙমগনি।
মতম অমদা ঋষি অমগী প্রায়শ্চিত্তকী শক্তিনা
কৈ অমোমনা ফাওবা শক্তি মচা অমবু খোমলাং পীথকখিদবরা ?

অহুগা হৌজিক্তি ? সার্কসকী লিচৈগী শাফুনা হেক্তা ঙম্মী।
মশা য়াওন্ত্রবা তোল্লবা উচেক অসি অমম্বদা খোংহনবগীদমক্তদি
মশাদা খজিক্তনি ঈনগদবা।
অহুবু ঐনা খওঙি য়েনবানা খোংঙে হায়হুনা
স্বর্গদগী অয়ুক হায়বহু তারককদবা নত্তে।
নুমিদাংগী মতম লোইখিবা নঙ পাম্বরা ?
পাম্নবদি অকনবা নুংশিৎ শিৎলসনু
অমস্নং স্বর্গদগী ঈথক্ হৌরসনু।
নুমিদাংগী মতম লোইখিবা নঙ পাম্বরা ?
পাম্নবদি চীংগুম কল্লবা নুমিদাংগী মথবাক অসে
ফাক্তুনা শেগায়গদবনি
নুমিৎকী কল্লবা খুজিলশিংনা।
নুমিদাংগী মতম লোইখিবা নঙ পাম্বরা ?
পাম্নবদি নাপীগী মরু খুদিংমক্না
শিদ-হিদাক ওইরবা লীক্লা মরীক থক্কদবনি।
নুমিদাংগী মতম লোইখিবা নঙ পাম্বরা ?
পামলবদি মন্থরক্লবা শোনথরক্লবা মীওইবগী শিংলিশিংদা
যৌবনগী মৈরীনা
মীহুন হুলহনগদবনি।
অহুদগী অনৌবা সমাজ অহুগী
চীংখৈ ফিহুপ হুল্লকপগী মঙালনা শীল্লবদা
য়েনবারাবগী খোংলকপা মখোলহুনা

লানঙম ফিরাল থেৎপগী খোল্লাউ ওইরগদবনি।
অদুগা অসিগুম্বা চীংখৈ ফিদুপস্থ হন্দোক্লক্তনা
য়েনবারাবনা খোংলবদা
ফোঙদোক্লিবসি
অঙানবগী মুংঙাইবরা
নত্রগা অমম্বগীরা ?

হন্দোকপা : এল, দামোদর সিংহ

[ খ্বাইরাকপম চাউবা সিংহ ( ১৮৯৫-১৯৪৯ ) উরিপোক্তা পোকখিবা হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্য শেমগৎলম্বা মণিপুরীশিংনা নুংশিনা শোন্নরিবা কবি অমনি। মহাক কবি অমা ওইনা শৈরেং কয়া ইরম্বদা নত্তনা উপন্যাস "লবঙ্গলতা" হাম্নবা অমস্থু ইরম্মী। রারেং ইবা অমা ওইনা শিংথানরিবা মীশক অমনি। "ফিদম", "রাখল", "রাখলগী ঈচেল", "ছাত্রমচা", "কান্নবা রা" অসিনচিংবা রারেংগী লাইরিক কয়া ইরম্মী। মতম মতমগী চেফোঙ কয়াগী এদিটর ওইখি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী সাহিত্যরত্ন উপাধি ফংখি। ]

# অরাবা ঈশৈ

## ( অনুবাদ )

সনধ্যার্ত্তিগী খোঞ্জেল্লা
মুংথিল কোরৌহনবস্থু
কাওরেন ষনবী যন্নাউস্থু
ময়ুম মায়গৈ পাংখরে,
থাপ্লা লৌরাং শূরম্বা,
রাখল চাউবা ঐঙোন্দা
লৈপাকলৈমা শিল্লরে
নীংথি' লমদম পূম্বস্থু,
মলয়া নুংশিৎ নামিবা,

মায়কৈ পূম্বা নিল্লরে।
নোংচুপ চীংয়া থাংখরে।
মমৈ ফীরাল শাহনা,
শরীকী তানবু থাহনা।
খুনগী ইপা-ইপন্না,
চঙলক্লিবা অহীংদা,
অরাবা লম্বী য়াল্লক্লে।
অমম্বদা লোৎখরে।
লোইরোইনা শীৎলক্লি।

অচীকপদা হায়ৌনা নুংশি কোলোয় শক্লক্লি।
অথাপ্পা লম্পাক' থক্তা উইনা শগুপ শায়হনা,
য়াউগী শঙ্গু কয়ানা খোঞ্জেল য়াংনা খোংলিবা।
( মাঙগী মন্দির মতোন্দা, অথুপ্পা কুঞ্জ মনুংদা )
চীক্লবা মপাম লমসিদা ঈশৌলাংডি হায়বগী,
অহৗং ঙাকপা কৌহুনা, মকুশিংনা য়াকৎলি।
মাঙগী পামেল উথাদা, লৈতেঙ্গায়গী মরক্তা,
অচম্বা শন্তুক' নুংহুদা থুঞ্জাগী ইপা ইপম্না তূম্লিবা।
অয়ুক্কী য়েঙখোং তাবদা, নামিবা নুংশিৎ য়ৈবদা,
নাপী ফমজাউনুংদগী, নৌনা য়াকায়নক্লবা।
ফুঙ্গা থামরেন হৌহুনা লৈমগী সেবা ঙাইক্লবা,
পারি মমোম কনাসু ; চপ্পগী মিহৌ তাক্লবা।
লৌরাং ফৌদি কয়াদা, থাঙ্গোল জগোই শাখিবা,
য়োৎলৈ নোংথাঙ শাহুনা, পামেল কয়া ফুকখিবা।
য়োইবু য়োহেন তাল্লিবা, শাবী শানৌ অপুম্বা !
অচম্বা মোংফম থকসিদা, অঙৌবা ফুরা উক্লগা
অচৌবা মগুপ খন্দুনা, মিংচৎ কোলোয় শক্তুগা,
লমইন পেনা খোংক্লগা, করিগী মীনোক চঙলুবা ?
বিধিনা তুংওইনবনা, লনগী মপু ওইহৌক্রে।
লৌশিং থাউমৈ থালহৌক্রে, লৈতবনা পেম্নখরে।
লাইজ ঈপাক নুংহুদা, লোত্তুনা লৈবা মণিগুম,
শোঙলবা নারক মনুংদা লোম্না শাৎপা লৈরাংগুম,

উবিনবা য়াওদনা,
অরেম্বদা মাওথরে,
লৈবাক য়ায়েন ওম্ফবা,
পলেম পম্থৌ কয়ানা,

খওবিনবা লৈতনা,
মতম' ঈপাক্তা তিন্দুনা।
মীথকথোংবা য়াইফবা,
চীক্লা পোৎথানরিবা।

—খ্বাইরাকপম চাউবা সিংহ

[ ডাঃ লমাবম কমল সিংহ ( ১৮৯৯-১৯৩৫ ) কাঞ্চিপুরদা পোকখি। হৌজিক মতমগী মণিপুরী সাহিত্যগী খ্বাইদগী শিংথা-নরিবা অইবশিংগী মরক্তা অমনি। মহাক কবিনি, উপন্যাস ইবনি অমস্তুং ৱারীমচা ইবনি। মহাকী "লৈ পরেং" কজরবা শৈরেং কয়াগী লাইরিক্সি, "মাধবী" মণিপুরী উপন্যাসশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী শিংথানরি। মহাক "দেবযানী" কৌবা ড্রামা অমস্তু ইরম্মী। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা মহাকী কবি ওইবগী থোইদোকপা মতিক-মগুণবু শীংথাদুনা মশা লৈথিদ্রবা মতুংদা কবিরত্ন হায়বা উপাধি পীখি। ]

## কনাগুম্বা স্বদেশ ভক্ত অমদা

নোংজুথাগী অহীংদা নোংনা ৱা-ৱা চুপ্রবদা,
চুই হৌদোঙ ফাওবা মপাল থোক্লখিদ্রবদা,
মূৎলি মূৎলি তন্দনগুম্না
অমম্বা লোক্লৎদগী পাইথোরক্লুনা
লম্বী লম্মুক্লরবা ভারতকী লম্বী চৎপশিংবু,
খুদোম্বী থিন্দুনা লম্বী তাকখি নুপা অমনা।
থাঙবা কনবগী হি অমত্তং তোংজদুনা
কলমগী মশক ওইবা নৌ অমত্তং পায়দুনা
কনানসু মতেং পাংবিদনা,
চেঙজেল করিসু য়াওদনা,

ইথিল-ইরৈ কল্লবা ভারতকী অচৌবা তুরেন্দা,
হি হোনগংখি, হঙ্গংনা অওম্বা লোকচপ তম্না।
নিংথমথাদা উম্না থ্রং থ্রং তাথ্রবদা
নুংশিংনা ময়া পান্দুনা চীকে তাল্লবদা,
নিংথম চাউবা ভারতবাসীনা,
থাওনখি "ত্রাহি" "ত্রাহি" হায়না ;
ফেব্রাং ফেব্রাং শাবা কৈজৃপকী মরুমদা লোত্তনা,
হকচাং কায়াৎ অপূম্বা থমখি থুপচিন্দুনা।
লুম্লবা কৈজৃপকী নুংশিবা থাদোক্লুনা
থৌনা ফবা লৈবাকমচা অসিনা
অঙ্গংবা তুরেন্দা চোংথখি :
মরৈবাকপু নুংশিবা উংখি।
অপওবনি খন্দুনা হী হী নোকখি ভারতবাসীনা।
মীৎচিনবু হল্লা য়েংখিদে অথৌবসিনা।
য়েংউ লৈবাকমচাশা ! হিহোনবা নুপা' সে
হোল্লুরে মরুভূমি কয়াগী মথক্তা,
ময়া মরীচিকাগা থেংনজ্নুনা ;
থেংলুরে অওম্বা লৈরাই কয়াদা,
ঈরাক্করুরে অরুবা হিদেন কয়ামুক্তা,
নল্লুরে চীং নাপোম কয়া নীংথায়রন্থনা।
হিমালয়দগী চেম্থরকপা ব্রহ্মপুত্র তুরেল্লা,
চীং কয়া মরুভূমি কয়া তরাইনা লান্থোক্লুনা,

বঙ্গ সমুদ্রদা তাবগুম,
মহাত্মা অমগী কনাগুম্বা,
থম্মোয় লকানুংদগী চেন্থরকপা স্বদেশ প্রেমগী ঈচেল,
মৈথায় থিনগায় চাম্মা ল্যান্দুনা তিনখি স্বদেশ সমুদ্রদা।
-থৌরবা তাগী মতোম্মা তুরেলগী ঈচেন্দা থিনবগুম,
অপঙবা কাঙবুগী খারবা মীৎয়েং, নোঙ্গবা রাহৈদা,
স্বদেশ প্রেমগী ঈচেন্দা,
মশক হোংদে করিগুম্বা !
কংহনবা ঙমদে ঈচেন্দু মায়াগী মরুভূমিনা ;
ময়েং তাদে থক্কুনম্ব লমলকী শা শঙ্গুনা।
খোইহী চেন্দে ঐগী লৈতোন্দা চিরোল তৌনবা
প্রতিভা লৈতে ইশাদা প্রতিভাবু থাগৎনবা,
ইনাক খুন্দে ঐগী ইরোল,
ইনাক খুনববু থাগৎনবা ;
লম্বীচিংবা অথোবা হিহোনবা মুপাসিতবু ;
"নঙতনি মুপা" হায়বা থোকই থারবা লৈসিনা।

—লমাবম কমল সিংহ

[ অশাংবম মীনকেতন সিংহ ( পোকপা ১৯০১ ) ইম্ফালগী ব্রাহ্মে লৈকাইদা পোকখি। ওহা ওইনা স্কুল, কলেজ অমস্তুং য়ুনিভরসিটিগী থাক্তা থবক তৌরম্মী। মমালোন্দা নত্তনা হিন্দী, সংস্কৃত, বাংলা, ইংরাজীনচিংবা লোন নিংথিনা খঙি। "অশৈবগী জয় ভাই", "অশৈবগী নিতাইপোদ", "অশৈবগী শৈরোই" লাইরিকশিং অসি মানা ইবা শৈরেংগী লাইরিকশিংগী মরক্তগী খরনি। "পুন্সিগী শক্তম" মিংগৌবা মশাগী পুন্সি-ব্রারীগী লাইরিক অমস্তু শরুক অনী থোক্লা ফোঙি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা সাহিত্যরত্ন উপাধি পী অমস্তুং সাহিত্য একাদমীগী মনাস্তু ফঙি। ]

## পিয়ে থাদোই

### ( ১ )

ঐদি খোইরেস্তাক্তা পোকপনি,
কৌনৈ মীনা ঐবু পিথাদোই
শোঞ্জরুমল নুংশি মকোলোয়।

বসন্তগী লোয়িন ওই
মালেম লৈকোয় থুংনা কোয়
তঙাং লৈশাৎ তম্বা লৈদ থি
লেঞ্জে চেক্লা ওইবা ইপুন্সি।

কৎলুই থম্মোই অহুঙৈ কনাগুবী নুংশি কা,
থংখি মীচৈ চাবদ নুংশিরুমল মাগী কা,
মীচৈ চায়ে চানা 'হুম থম্মোই মানা নুংশিখি,
খোংথাং খুদিং পূল্লি চুপ নুংশি-পূজা কচ্চখি।
মহাকথংনি ঐহাক্না চেক্লা ওইনা পোক্লকপা,
মশূংলাংনি ঐহাক্না মালেম থুংনা কোয়রিবা।
চেক্লা ইপোক য়াম্নক্লে নুংশি মাস্নু মমথরে,
থম্মোই মানা অহুবু কাউসি কৌবা মঙমন্ত্রে।
বসন্তগী শউম ফং
তঙাং তনৌ লৈশাৎ তম
জগোইজবা লৈরাংদা
পাম্মু মাগী মমি তা
য়েংজৈ পেন্না ইথম্মোই।
নুংশি-মঙলান তন্ন মঙ্
শকচৈ কোলোয় নুংশি-পিথাদোই,
থাদোই থাদোই পিথাদোই।
মলয়ানা কাইহৌরু
কোকিলনগা পাউপুরু
উরীরৈনা হেদৌজ
হরাউ-তুজুং উকোঞ্জ
শীঙেল-শম্নাং হাইনা হুম
হেম্মোইজবা তন্না উ

ঈংজৈ চেক্লা ইথম্মোই ।
নুংশি-মণ্ডলান তম্ন মঙ
শকচৈ কোলোয় নুংশি-পিথাদোই,
থাদোই থাদোই পিথাদোই ।
তলা উকোন হেম্নবৈ
লোইবী চীজোল ভাম্নবৈ
মেলৈ লৈস্না নোংজুম্পাল
তনৌ তমেং ঈংনা ভাল
শীঁঙেল-শম্নাং হাইনা ছুম
হেম্মোইজবা তম্ন উ
ঈংজৈ চেক্লা ইথম্মোই
নুংশি-মণ্ডলান তম্ন মঙ
শকচৈ কোলোয় নুংশি-পিথাদোই,
থাদোই থাদোই পিথাদোই ।
ঋতু নিংথৌ লোম্নিন ওন
মালেম লৈকোয় থুংনা কোয়
লেঞ্জে অসুম 'হুনা ইপুন্সি,
চেক্লা ওইবা ঐগী ইপুন্সি ।

( ২ )

মহাশ্বেতা নুংশিরু নুংশিরুমল শিরাপ চা,
তেনরা ওইনা পোক্লকাও মথম্মোইনা নুংশিজ
'হুৈঙ বৈশম্পায়ন্না নুংশি মাবু ঈথৌ লাং

পাম্মু মাগী মায়গৈ তম পাইজবগুম পম্পা পাং
লাক্লি ঐস্মু ওসিদি পাম্মু মাগী শাৎনরম
চেক্লা ঐগী পোক্নকম কেগে নুংশি-ইরমদম
ম্রাওব্রা য়েংগে কয়িনুং কনাগুম্বী নোংখিবী
লৈময়োলগী জগোইদা নুংশি-শামায়জরী।

নোংমা চৎলম্মি চৎলম্মিদো চৎলম্মি নোংম,
নুংশি চেংলৌ'ম চেংলৌনিনে নুংশিবা অমা,
কেগে সিদনি সিদনিনে লৈময়োনসি৷
নুংশি-ইরমদম পাম্মু মাগী শাৎনরমসিদা।

থাদোই কোলোয়নৈ থাজলক্তা থাদোইনি থাদোই,
ওাঙোইলৈমস্মু নুংশি মাবু লমৈনি ওাঙোই।
তোমথিল লৈরাংনি নুমিৎথানি সনা-ঈ-কোন্দা
নংয়াই তম্ফানি লৌক্লাং পরেং লৈময়োল লেংদা

থম্মোই মানা মিতাজরুই মিতা মাগী কাদা
থরাই মানা মিহৌজকই মিহৌ মাগী কাদা।
পুক্নাং-থোইস্মু লৈহিপাম্বা ভংজরু ইদো তত্ত,
লাংজবনা লৈছি ঈখৌ খৌরাং.মাগী কাদা।

শকচরুইদো নুংশি শৈরোল নাপ্পচিক্লা কয়া,
ফাওমদবা থম্মোই মানা লৈবাকথোক্লা কয়া।
তেংথাজরুই কয়া অমা "নুংশি মাবু থল্লু",
পুওমদবা থরাই মানা "পাম্মু নংবু-য়েংউ"!

হাপ্লিখিদে নাপ্লদা নুংশি মানা করিনুং,
হানবিখিদে থম্মোইদা পাম্মু মানা কদোম্নুং।
য়াবা কৌবা লৈখিদে 'হুবু থম্মোই মানা কাউ,
নুংশিরিবসিনি ওঃ নুংশি নুংশি হৌজিককাও।
থম্মোই মানা কদোম্নুং য়ায়োই নুংশি মাবু কাউ,
মুমিৎথানা মুত্রিবৈঙে ইপোক চাম্ম ওল্লকাও।
লৈরাং লৈখোং য়েনা য়ে মালেম লৈকোয় থুংনা কোয়
শকচগনি মকোলোয় থাদোই নুংশি-পিথাদোই।

( ৩ )

ঈঙৌপানবা শাগৈদা ঐসে সনা লিকথাংনি,
লৈমা সনা পীবুক ওং তোমথিন থোকপা থাজনি।
সনা লিফক মথক্তা মালেম খোঙদাজবনি,
সনা ফিগে ফিরোয়না পুন্সি খোঙফমবনি।
নিংথৌ লাইবক য়ুমদিল্লু নৌনা সনা পাম্বোম্নি,
শেলুংফমদা কাবনি লৈরোয়শঙস্থু পুবনি।
নোংদম্বগী থৌজান্না নোংদম্বিনা "ইচানি"
থৃজেং পাল্লোয় তন্না শম য়াইফ লম্বী চিংবনি।
শুক নূং মুক্রা কাঙজে পৌ গুম্বা চহি তরেৎনি,
লমজেলদস্থু 'হুমঙায়—পজেং অহুম থেৎপনি।
লাঙ্গোই য়াপল অঙৌবা তম্ফা পুবা লাইশানি
শক্লথিবা লৈবাক্লা অহুগুম্বা ইপোক্লি।

লাঙ্গোই শরুপ পুবনা লাঙ্গোইলক্লা ঙানবগুম
চাউদম ৱাংদম চীংনা লেম উমিংথোনা হেনবগুম
কৌবলোক্লা উকোন্নুং পাথংলোন্দা কেগেগী
তম্ফা চেনবা ইপোক্সি পাথৌরক্লা মোইৱাংগী।

অসি খিবিক অমমম লৈমেত্রাল কোঙ্গায় লোক্লঙাই
থাখি পোম্বা নুংশি কা থম্মোই মাগী লোক্লঙাই।
নুংশি-পোম্বা খিবিক্লা থাজরুবা মগুংলাং
লৎনখিদো থানা ষ্নেং পীখি মীচৈ মায়থোং লাং।
চৈরে চৈরে হেন্নত্তুম থম্মোই মানা ঙনসিনখি,
মমখি জগৎ অপুম্বা নুংশি মাদা ঙালহৌখি।
পীগে লেপখি থম্মোইনা থরাই-পোম্বা অৱোইবা,
নোংদম মাগী নোংদমখোল লাকখি তাঞ্জা অচাবা

সনা পুমহৈ তরেৎনিদো লৈমা তালোয় ঐগী,
লাইজ ঙংবী থম্বাল ঙাক্সি কোরৌ ওইবা ঐগী।
শাবী ওইবা ঐনা হেন্নে লামজৈ মায়থোং মকা,
থংলেল ওইবা ঐনা শাম্নে মকচৈ মায়থোং লকা
নুংশি মুংশি নুংশিরুদে কাউই থম্মোই পাঞ্জে,
নুজা ওইবী থম্মোইনুংদা অৱা-নুংঙাই পাঞ্জে।
থাদোই মাদা মথল্লইদো পুন্সি খোঙথাং খুদিং
হিংলুহ্নুনা করি দৌনি থাদোই ম্নাওদ উতিং।

নুংশি ঐবু লৈমা তরেৎ কপচৈ ঐগী দমক,
কপ্পি ঐনা অহিং-নুংথিল থাদোই মাগীদমক।

থাদোই মানা খঙৈ মানা খম্বা মাগীদমক,
লোইদা কুম্মি নাইশিং চল্লি অপাম-মাগী দমক।
পাত্তা কুম্মি তাল্লি লেম্নৈ পুজৈ নাইগী থৌগাই
চৌংদা কায়দো চল্লি শীংজা পুজৈ রানা থরায়।
সিরা সিনি, অণ্ডকপনি মালং নংগী খোঙচৎ,
অমম্বনি অমম্বনি থম্মোই নঙ্গী লৌচৎ!
লৈরাংনিদ মখনবিখি খম্বা মানা থাদোই
লাংথি ঈখৌ লৈহিত্নুদা লৈরাং মাগী ঙাঙোই
হেঞ্জরমই থাবুম অহুম নুংশি কাদা নুংশি,
খঙবিখিদে লৈশক মাগী থৈথি থাঙনা পুন্সি।
ঐগীনিস্নু অত্নুমঙায় নুংশি মাগী কাদা,
কৈদা কাওদা চায়ন-পুংদা। থাখি থরায় পোম্বা।
খঙবিখিদে 'হুবু মানা নুংশি মাবু নুংশি,
কদোজনি খঙবিখিদে নুংশি ঐদি নুংশি।

## (৪)

খোল্লে চায়ন-বুং থাখি থরায় তাজীন্দা পোনথা,
শিরে কদৌনি খয়ুম মাগী শীংথানি শীংথা।
লাকখি শাগী পাউ মৈহুম-মোরোক তাঞ্জাসিমক্তা,
কুম্মৈ খোইরেম্তাক ঙাঙোইলৈমা লোক্লুনি কৈদা।
খনখি লাক্লবোই কুবিরগে নোংদমখোল অমা,
কোম্মে হৌজিক্তি পাম্বা কৈদি মিন্নুনি অমা।

খম্বা মাদবু লুরুবনি ঐরোন্দা খিন্তং,
ঙাঙোই লৈমা লোক পাম্বা কৈ চল পাল্লগে নীং তম।

চঙলে কৈবল তারেল খুত্তা লীরে পাম্বা খোঙ্গুল,
লাইজ ঈরোক্লদা ফংলে পাম্বা মাগী মখুল ।
মীথেংনরে হোরে পাম্বা চোংলে চেগপ হো হো,
সেম্মে ঐস্বু শাথেংনরে ওক্লে চেগপ খো খো ।
নোংদম মাগী নোংদমখোল ফাখি তাজ্রিল পাম্বা,
তামুন্নঙৈ লোংনা তাখি তাখি কৈথা থংবা ।
নোংমা পোকপা মচা ঐনি করি নিনি শিবা,
কোনখি মখাং পাম্বা মাগী ঙম্বা য়েংগে থেকপা ।

থম্নে তুংদা মখোঙ মরি ঙাক্লে লুনা মখৌ,
ওন্নিম্নরে লৈমায়থক্তা ওন্ন ওন্ন থক লৌ ।
ওয়ওইনখি নোংদম্বনা সাখি পল্লোল মোংশোং
থোকখি মতাং কৈথা থাবা লোনখি খোদা য়াথোং
লাকখি খম্বা পাথৌ নোংশা তাঞ্জাসিদা তালোং,
চোংখি পাম্বা থারম ঐবু খোঁঙা লাক্লে মওং
কায়খি মঙলাল মঙফাওনখি মমখি পুম্মম লোইনা,
কৈগী চৈনা পুঙমখিদে নীংবা কায়বা চৈনা ।

শাছু ফত্তে চাদে নোংশা শোক্তে মতু শোনবা,
শাশি য়েংদে হুন্না মাদি লাম্রে লাম্না লেম্বা ।
পাথৌ খম্বা খুমন চাগোক নোংশা ঈশেং ঈনি,

পাম্বা তরেৎ মদোম পাবা পুরেনবগী চারনি।
সতী লৈতেং ঙাংখলৈমই খোয়জি-নাপ্পা-লৈনি,
থোদ থৌবা থম্মোই পানবা পাথৌ-নোংশা মানি।
কোল্লে ঐবু পিদি চহুম মিৎস্না 'নীদা মাগী
মেল্লি তপ্পা পাম্বা য়াখুল চরৈ ফিনা ঐগী।

"চৎসি পাথৌ পস্থৌ তমদা কোল্লু থোংগে নমদা",
থোংখি নমদা থৌজাল মানা শিন্নৈ পস্থৌ তমদা।
হৌখি লোইনা লৈবাক-নিংথৌ কন্নি ঐবু করম,
অমাইনিংথৌ শলাং মাইবা য়েংখি স্নুনা মরম।
শিদয়াইস্নু নাদায়াইস্নু চমখি পুমচম লোইনা,
লাক্লবদা মতম মানা। চম্মি হিদাক লোইনা।
পিনা পিদা নিরে বিদায় পস্থৌ নুংশিকাদা,
চুপ্লে লাইবক পস্থৌ মানা পিনা তপ্ তপ্ মায়দা।

(৫)

হুমখি নুংশিৎ তেংথা তেংথা খোইরেস্তাকী লমদম,
পাম্মুই পাম্মুই পাথৌ নোংবাল চাখিদেদা মতম।
চায়রে মরায় কেগে লৈবাক তারে ময়েং মোইরাং,
তৎলে পাম্মুই স্নরিক পরেং তারে চোইনা লীক্লাং।
লাইবক থীদা অঙোম নিংথৌ তৎলে সনা লীকথাং,
নোংদম থীদা খুরায় লৈমা মাঙলে ক্যাংগী লীকফাং
করি ওইবা নোংদমথীবী তাঙৈ পারি মপাউ,
করি ওইনি লৈমা তরেৎ ফংঙৈ থংলেন মপাউ!

তুম্মে হকচাং কৈগী হূন
মুত্ত্রি মৈদি ওমচারুরি
তামশিল্লক্লে তাইবং অসুম
হুইথরক্লে তেংথা নাউ-ওই
মঙফাওনচৈ তাম্না তাম্না
পলেম পন্থৌ লৈমা তরেৎ
তুমগ্রিমাল্লে থম্মোই মাদি
নিরি বিদায় মথং মথং

তারে উৎপুং ওইনা
থম্মোই খোম্না খোম্না।
তাম্না মঙ-ওই হা-ওই,
তাম্না বাঁশী খোল্লোই।
উথি চেংলৌ কয়া—
চাম্ন মরূপ কয়া।
ইহৌরিয়ে পিরাং,
খোম্নাইদবা পিরাং।

হুন্দোরকথি তাপ্লাসিদা
শামখি লোইনা চেংলৌ খিবিক
"চৎপা তারে নুংশি ঐদি
লৈহৌরেদো পাম্মু নংদি
নোকফেৎনখি রাকচচৈঙে
ঙমজখিদে রারৌজবা
নাইনি নাইনি নুংশি-নাইনি
খিদে করি থুল্লং লম্মল
লোরে উৎপুং লোরে পূল্লো
পাইবা তারে পোম্বি থরায়
খঞ্জে নুংদা থরায় মানা
লৈহৌরেদো নুংশি মাদি
কচচরক্লে পুন্সি চুপ্পা
কৎলুরগে লাংঙোল খুদিং

থাজ ওইবী থাদোই,
থরাল থাজ খোঙলোয়।
লোইরে ঙসিসিনা
রায়দো থরায়সিনা।"
কল্লক পেন্দুম পেন্ন',
'হুবু থরায়সিনা।
মীওইবগী থম্মোই,
নুংশি কাদা থম্মোই।
মুৎলে কায়দোং লোইনা
লৈরে মতম য়েংনা।
চৎপা তারে ঐদি,
করি ওইনা ঐদি!
নুংশি মাগী পূজা,
পাম্মু মাগী পূজা।

নিথরগে নোংয়াই কাদা থাদোই মাগী কোলোয়,
সোল্লুরগে চেক্লা চাদা নুংশি মাগী কোলোয়।

( ৬ )

চচশিল্লকউ পাথৌ নাক্তা তারো চীংঙোয় ইপাউ,
লোইরে ঐদি ঙসিসিনা পীনৌ চানবি নপাউ।
অপাম মৈনা চাকশিল্লকখি লানখরেদো কয়া,
নুংশি মৈনা কাশিল্লকখি ল্যানথরেদো কয়া
কোরৌ মৈশা লাংলে শাদে ঈরেনবুংনি নংদি
নোংলৈ নুংশিৎ সাক্লে লেঙদে লোইবি চীংনি নংদি।
য়েংথিখিদে করিনুংদা ঐবু নংনা পাথৌ,
চানবিখিদো খোঙফম খুদিং অরান ঐবু পাথৌ।

থায়দো পাথৌ নঙব, ঐনা থাংজিং চীঙ্গী নয়োল,
পাম্বা কৈথা থারসনু পাম্বা কৈগী মকোল।
লমজেল চেনঙৈ খুরৌ চল্লি পাথৌ নঙবু ঐনা
ফুদেক্লবা নখোঙ নখুৎ তরেৎ শেঙ্গা তিংনা।
ঈকোপ-পুংদা থায়দো কাওদা শিরসনু চীদা
তারসনু ফদি ফরা কাওরেল মাগী খোঙদা।
চল্লি নংবু লাঙ্গোই খোঙদা লোগে নঙ্গী থরায়,
থাদোই কাদা খুরৌ ওইবা পেন্নরগে থরায়।

থারম্লবা পাম্বা কৈথা নঙনা ঐগুম ঙসি
তাম্থোক্লম্মোই করিনুংদা পেন্নগনি ঐসি।

খল্লম্মোইদো চরৈ ফিমল্ নঙ্গুম ঐদি পাখৌ
খঙজিন্-উশিন্নদ লৈনি লৈরমগনি পাখৌ।
অপাম্বনা মিকারবা খঙদে অচুম-অরাল,
মিহৌবমা লায়চুরবা খায়দে অমম-অঙাল।
অচুম চৎপা অপঙবনি লৌনৈ পাপকী কোন্দা,
মাঙজরগে শীগ্রবনি তাইবং মালং কোন্দা।

তমথৈ খাদা লাইজ ঈচেল রাংলে হেন্না ফুধে,
তমজৈ থক্তা খাম্বী মৈরি নেম্লে অতুম কাজৈ।
অমম্বব অমম্বনি উইদোস ধর্ম নঙদি,
অঙানবব্ অঙানবনি খংঙি পূন্য নঙদি।
চৎলুরেদো পাখৌ ঐদি তাঙজ লিললগী শাজৎ,
খোংফম্নরু পাপকী লম্বী অপাম ঐগী লিচৎ।
ঙাকউ পাখৌ লোইরে ঐদি লোইরে ঙসিসিনা,
পাম্বা হূদই হেন্না চাক্লে লঙ্খিবগী মৈনা।

ঙাইখো পাখৌ লঁঙমখিগে ঙসি অমত্তংগা
য়ারোইদোরে লঁঙমদবা অমুক অসিদংগা।
থাদোই মহাকথংগীনিদো লঙ্খি পূম্বা ঐনা
ঙাঙোই মশুংলাংগীনিদো লমফৈখিবা ঐনা।
ধর্মই পোলোই জয়নি পাখৌ ওইরে জয়না নঙ্গী,
পাপকী পোলোই তুম্বা শোইদে তুম্মে লোইনা ঐগী।
ওইহৌরনি মায়োক লৈরাং পাখৌ নঙ্গী থাদোই,
কারয়নি লৈহি অথেল লৈরাং ওইবী ঙাঙোই।

পাইসি কদায় পাইওমদরে ␣␣␣␣ লৈহৌরেদো থাদোই,
থাওসি কদায় খাঁওমদরে ␣␣␣␣ লৈহৌরেদো ঙাঙোই।
রারে পাথৌ পোম্বি থরায় ␣␣␣␣ নিরি ইকোক নোম্না
শোঞ্জরুগে কোলোয়দদি ␣␣␣␣ থাদোই ইনীং তম্না।
তমগে ইপোক চেক্লা চাদা ␣␣␣␣ শক্কে নুংশি কোলোয়,
খোল্লৈ শাংনা খোম্থাং রাংনা ␣␣␣␣ সোনগে পেম্না থাদোই।
পীনৌগবা পাথৌ নওবো ␣␣␣␣ নিরি মিৎকী পিনা,
অরোইবনি পিসে পাথৌ ␣␣␣␣ অরোইবনি সিনা।

থম্মোই পানবা পাথৌ মানি ␣␣␣␣ ঈহৌরিয়ে পিরাং,
পীখি য়াথং তময়ো ননীং ␣␣␣␣ লোম্নাইদবা পিরাং।
শৎলে ফলাং তারে য়োম্বিলং ␣␣␣␣ কোয়ে পুমকোম থরায়,
বিদায় পিরম মিৎকী পিনা ␣␣␣␣ পাইরে তম্না নোংমায়।
তম্লে ইপোক চেক্লা চাদা ␣␣␣␣ শক্লে নুংশি-কোলোয়,
খোল্লৈ শাংনা খোম্থাং রাংনা ␣␣␣␣ কৌরে পেম্না থাদোই।
হেঞ্জরিঙৈ থাদোই মানা ␣␣␣␣ কেগে মোইরাং লৈকোয়
নোংয়াই কাদা থাবুম অহুম ␣␣␣␣ কোইজৈ ঐস্নু লৈকোয়।

কোরৌ নুমিৎ নুমিৎ খুদিং ␣␣␣␣ তমজৈ খূমল মরাল,
লেঞ্জে অহুম মুস্রিকাওবা ␣␣␣␣ কোরৌ মাগী মণ্ডাল।
রাংদ রাংবা তলা তোন্দা ␣␣␣␣ লেমজৈ কায়দোং ঐগী
মূনা মূনা নাথুপ্পনা ␣␣␣␣ য়েংজৈ চেংলৌ মাগী।
কচ্চৈ নুংশি মাগী পূজা ␣␣␣␣ শকচৈ মাগী কোলোয়

পেম্মা পেম্মা খোম্থাং ৱাংনা খোম্লৈ শাংনা থাদোই ।
লেনখি মতম ঈংনা থম্মোই খল্লুই ঈংজরনি,
অৱা-মুংঙাই তূফাংনবা কাউরুই মালংপান্নি ।

## (৭)

লৈপাক্ ফরি কেম্লোই য়াদে কেঙ্গৈ অহুম কনা,
লৈখোক লোয়রে কেনগে ঙমদে শাচ্চৈ অহুম লোয়না ।
ঈহন্মনা থাবা কোগোল তাকই ঈথিন্মনা,
থানি খঙদে কয়া কুইনা ঙমদে হায়বা কনা ।
সনা ফম্বাল লাংবা ঐনি ঙমদে কনা চীংবা,
শাদা লান্দা থৌবা ঐনি ঙমদে কনা শীংবা ।
লাক্লবদি হনবা তারে থীন্না খঙদে ঙন্না,
পথাপ্পিদো মালংপানগী তম্বা মতম মানা ।

তম্নি লৈশাৎ তদেক তনৌ উদে মতম মাদি,
মদোম শাৎপী লৈরাং মানি খন্দে মতম মাদি ।
থংলেল কনাই নাল্ল লৈনি য়েংদে মতম মাদি,
থম্মোই কনাই মায়োক লৈনি চত্তে মতম মাদি ।
তাঙজ মাগী তমথি হূনা কমলে থাদোই লৈরাং
কেম্লে লৈদা মিকুপ 'মদা কয়ে কেগে মোইরাং ।
হেঙ্গৈ কোয়ৌ কোয়ৌ 'তিয়া মম্মি ঙান্দে অহুম,
হেঙ্গৈ থাজ কোয়ৌ 'তিয়া শুকই ঙান্দে অহুম ।

কপ্না হোৌবা কপ্না লোইবা খোঙফম্নিদো পুন্সি,
অন্না-নুংঙাই ইরৈনরা ঈচেম্নিদো পুন্সি,
মালংপান্দা লাকপা কনা হনখি নোক্না নোক্না,
কপ্না মপুং নোকপা মচিৎ চৎপা ঙাক্তি লোইনা।
কপ্লি ঙসি কেগে মোইরাং কপ্লি "থাদোই থাদোই",
হুন্নি খংগোল লৈকোয় থুংনা তেংথা তেংথা "থাদোই"।
ঈঙল্লিয়ে ঈশা মাপল হাইথ হাইথ "থাদোই",
চীংনা লেম্না থাংজিং চীংশাং সোল্লি শোক্না "থাদোই"।

থম্মোই মানা মকারবা হোৌদে ঈহৌ পিগী
মৈশা পোকপা লৈকংলানি থকই ঈচেল খোনগী।
কপ্তে, কপকে কৌবা ঙমদে য়েংজবদ থংই,
থোক্তে রাগী মচেৎ 'মত্ত চাকচবদ থংই।
ফৄকখি থম্মোই তেংথা-খোনয়াম থুকখি পূক্লিং অসি,
লোইবা তারবরা ঙসি চেক্না ঐগী পুন্সি।
লোৎখ্রে মতম নূজা-মায়োক কায়রে নুংশি-পূজা।
খনখি থম্মোই কচ্চরকপা পুন্সি ঐগী চৄপ্না।

পাল্লম্রবোই নুংশি-পূজা লাক্লে মঙাল পরেং,
পরেং পরেং মচু মচু মচু-পরেং পরেং।
ঙাল্লি ফুং ফুং মশেক অমা ঙমজৈ ইনুং শজিক,
নুমখি থম্মোই মমখি তাইবং মালং হুনখি ইচিক।
চেল্লি ঐবু মঙ্গী লমদা তারুই লৈগী কোন্দা,

তম্নি লৈশাৎ কুন্দো লৈরাং পরেং পরেং থেন্দা।
হেক্লি লৈরাং লেংলি পরেং মুজা লৈরাং অমা,
থণ্ডদে লৈশক কৈদা শাৎপা মাঙ্গে ভাণ্ডোই লৈমা।

লাক্লে মাণ্ডদা মুজা লৈরাং খ্ত্তা লৈগী পরেং
ঈংজৈ হেঙ্গে মাইথোং থাজ মণ্ডাল তণ্ডপ তরেং।
হায়গুম তৌথি "পেল্লে ইমা" নঙ্গী মুংশি-পুজা,
পুল্লবনি থাদোই নঙ্গা উনি থাইউ লৈচা।
উরে পুন্না কিশিনবা কুন্দো পরেং অনী,
উথি থাদোই থোণ্ডদা ঐগী কোনথি ইথোঙ অনী।
তমথি লৈশাৎ থাদোই লৈরাং তণ্ডাং লৈগী কোন্দা,
মণ্ডফাওজথি তন্না মণ্ডলাল ফাওথি তাইবং-কোন্দা।

থারগে কেগে মুংশি-লমদম থিরুরগে লৈফম,
কৈদা হেল্লি থাদোই লৈরাং খণ্ডজদেদা মফম।
শাগন তুফাং থপ্পা থপ্পা থঞ্জে কৈদা পাইবা,
কেগে থংগোল লাংনা লাংনা থঞ্জে কদোম পাংবা।
ইমা খুরম মায়গৈ য়েংদ পাইরে মায়ওন "জৈমা",
নোংদমথীবা নচা ঐনি কুবিয়ুকো ইমা।
কিজরুদে লম্মুকনি ইমা লৈরী ঐগী,
চোত্তিমথৈ পাইজৈ অস্নুম শাগন 'নীনা ঐগী।

লোইবী চীঙ্গোল কয়া কয়া লাঙ্গে তলা উকোল,
লাইজ ঈকোল কয়া কয়া লাঙ্গে শীঙ্গোল হাকোল।

লোইবি চীংমায় খোল্লা চাকপা থেংনৈ কয়া লম্মে,
নোংথক-নোংখা তুনা হুম্বা পাজ্জে কয়া নোংলৈ
চোকথরকচৈ শাগন তুম্ফাং য়েক্কে অরাম-খৌরাং
নীংবকায়বা সোর মপী থৎলি মতাং মতাং ।
নৌহৌনজ্জে " ইমা লৈনা " " চম্মু ইমা মৈরা "
" তাকউ কৈদা লম্বী কদোম " "থাল্লু খাম্বি মৈরা " ।

উরে তাম্না নুংশিরবা লমদম্নিদ অমা,
চোকথরবা লংফৈ কাদা ঈংনরম্নি অমা ।
ঙাল্লি চিপক চীঙ্গী কোন্দা ফিরোয়নরি শংলোল,
চেল্লি তুরেল লীক্লাং পরেং হেল্লি থাদা লীক্লোল ।
ঈকোল কয়া ইপোম্নরি থাম্মি লীক্তা নূংয়াই,
ঈফুথরি ঈরোক কয়া লীকখোম্নরি লিক্লাই ।
লাক্লি তাম্না হৈনম লৈনম পুরি হরাউ মালং,
তারি তাম্না চেক্লাখোন্সু ঙংলি ঈশৈ মালং ।

লৈগী কোম্নি লৈগী কোন নৌংথীজবা-লৈগী কোন,
মঙ্গী কোম্নি মঙ্গী কোন মঙলান মাগী মঙ্গী কোন ।
এহ্লো লৈরাং শাৎখিভম লৈফমজুনি লৈফমদো,
লৈরম সুনা পোকখিভম লৈকোন্দুনি লৈকোন্দো ।
হৌদে তলা অমত্ত শীঁঙেল লৈশাৎ তমদবা
লৈতে লৈপাল অমত্ত লৈরাং লৈশাৎ তমদবা ।
উদে উরী অমত্ত লৈরাং চরোং পোদবা

য়াওদে উকা অমত্ত
উরৈ চরোং কোন্দবা ।
চীংমায় য়েংই লৈগী লৈ
লোক্মায় য়েংউই লৈগী লৈ
ঈমায় য়েংই লৈগী লৈ
লৈমায় য়েংউই লৈগী লৈ ।
লৈগী থেম্নি লৈগী থেল
নীংথিরবা লৈগী থেল
লৈশবীবিনা শীবা থেল
লাইরৈমনা কোইবা থেল ।

শাচ্চহৌবা লৈরাং খিবিক
তঙাং তনৌ লৈশাৎ তম,
থোঙদারিঙৈ ঋতুনিংথৌ
হেঞ্জহৌরো ননীং তম,
চেন্নি তোয়না চেক্লা কোকিল
বসন্তগী থৌগনপাউ
শীঁঙেল লৈরাং লৈখোং য়ৈনা
হেদৌনবা হেদোং পাউ ।
হেঞ্জরিয়ে শীঁঙেল লৈরাং
মদোম শক্তা মদোম মুন্,
লৈহি চুপ্পা চেক্লা শাগৈ
য়েংলি মতৌ মুন্ন মুন্ ।
হুল্লি খোঙদোই লিরি লিরি
ঋতুথৌগন মলয়া,
কাইহৌবিরি লৈরাং কাদা
লোন্না নাথুপ্পনা য়া ।
নোকচরিয়ে হাইনোক মিৎনা
লৈরাং তনিক মহকচাং,
হেম্মোইজরি হাইনা হুম্মা
হরাউ তুজুং হেদৌ লাং ।
পাইরি খোইমু কোয়না লৈরাং
লৈনা লৈনা তোংফম য়েং
“ ঙকইদকো পাম্মু নংসে ”
নোক্লি লৈরাং হাইনা য়েং ।

নুংশি কোম্নি নুংশি কোন
নুংশি মাগী মশাইগোন,
হেদৌকোন্নি হেদৌকোন
নুংশি মাগী হেম্মোইকোন ।
খোংলি চেক্লা উকা লীং
শীঁঙেল কাদা মায়োক লাং,
নিরি লৈহি ইখৌ লাং
নুংশি-শৈরোল নোয়না লাং ।

ঙংলি খোইমু লৈকা লাং
ঙংজরিয়ে ঈখৌ-লাং
হেদৌজরি শীঁঙেম্না
হেম্মোইজরি লৈরাংনা
লাংত লৈহি লৈকা চোল
তম্মি লৈহি থম্মোই খোন
কুম্মৈনিদো কুম্মৈনি
ঈরোংনিদো ঈরাংনি

ফজনাইনি থম্মোই মাদি
ইশৈনাইনি থম্মোই মাদি
মুল্লুই থম্মোই ঙহাক পুঙ্গোয়
পুপ্পুই থম্মোই ঙহাক পুঙ্গোয়
থরায় মাদি ফজ-লাইনি
ঈশৈ মাগী মশক্তম্মি
তাউরুই থরায় ঙহাক পুঙ্গোয়
লুপ্পুই থরায় ঙহাক পুঙ্গোয়
মঙফাওনডৈ সোনখি ঐস্সু
কৌখি শোক্লা থরায়নিস্সু
সম্মি তম্ম নুংশি-মঙলান
শৈরাংজখি লৈরাং লৈপাল
শীঁঙেল লৈরাং খিবিক্মক
লৌখি থাদোই শক্তম্মক

লৈরাং কাদা মায়োক লাং
" তম্মু লৈরি ইশুংলাং । "
চেক্লা খোল্লোয় নোয়না নোয়,
খোইমু শৈরোয় খেক্লা খোয় ।
খোইমু মাদা লৈরাংনা
চেক্লা-কাদা শীঁঙেম্না ।
নুংশি-নুংঙোল কুম্মৈনি ।
নুংশি-নুংঙোল ঈরাংনি ।

মুঙ্গে ফজ উবদা,
লুপচৈ হেক্ত ঈশৈদা ।
শীঁঙেল লৈরাং জগোইদা,
চেক্লা নুংশি খোল্লেদা ।
লাংনৈ 'তুনা হৈ-লৈনা,
ফংনৈ 'তুনা ঈশৈনা ।
চেক্লা-নুশি খোল্লেদা,
শীঁঙেল লৈরাং-ঈরোন্দা ।
থাদোই নুংশি মকোলোয়,
থাদোই থাদোই পিথাদোই ।
মঙলোম্নিস্সু মঙনা মঙ,
লৈখোং খুদিং চঙনা চঙ ।
তঙাং লৈশাং তমজবী
নুংশি চেংলৌ নীংথিবী ।

লৈমায় য়েংঙৈ থাদোই ঙাক ঈমায় য়েংঙৈ থাদোই-ঙাক
চৌংমায় য়েংউই থাদোই ঙাক লোম্মায় য়েংউই থাদোই-ঙাক ।
থাদোই চাম্মা চাম্মনি থাদোই লিশিং লিশিংনি,
থাদোই লখা লখানি থাদোই কোটী কোটীনি ।
হেদোৌজরি হাইনা নৌ হেম্মোইজরি নৌনা নৌ,
জগোইজরি থেক্লা নৌ থেকোইজরি কেনা নৌ ।
থকচৈ ইমিৎ অনীনা নুংশি চেংলৌ অপুম্বা,
চুপচৈ পেম্না থম্মোইনা নীংথিজবা লোইনবা ।
শকচৈ নুংশি মকোলোয় পেঙ্গরবা ইথম্মোই
থাদোই থাদোই পিথাদোই পিয়ে থাদোই পিথাদোই ।

-অশাংবম মীনকেতন সিংহ

[রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ সিংহ ( ১৯২৫-১৯৮২ ) থাংমৈবন্দ ইম্ফালদা পোকখি। কবিনি মমিং লৈরবা। ধর্মগী লমদা পুক্লিং লুপ্পা সমাজগীদমক খনবা মীনি। মফম কয়াদা থবক ভৌরগা অরোইবদা কাছাড় কলেজ, শিলচরদা মণিপুরী বিভাগকী ওঝা ওইনা পুন্সি লোইখি। "শাৎনিংবী", "বসন্তগী বাঁশী" নচিংবা কোবা শৈরেংগী লাইরিক ইরম্মী। "পাঞ্চজন্য" কোবা ড্রামা অমসু ইরম্মী। "ছন্দবীনা" কোবা ছন্দনচিংবগী লাইরিকসু ইরম্মী। বাংলা লোন মমুৎতানা খঙবা, লোন অসিগী সাহিত্য মুন্না খঙবা কবিনি। চম্না পুন্সি লেনবা, অরাংবা ফিদম লৈবা মীশকনি।]

# সভ্যতাগী ফূম

লৈশেমগী লুরবা লাইজথক্তা তাউথরিবা
মপানগী মীৎলমদা ফজনা উরবা সভ্যতাগী ফূম অসিদা
নুমিৎচুপ্পা তারিবা নৈহৎপগী নাহেখোল অসিনা —
মালেমমৈহৌরোলগী অহানবা অয়ুক্কী
কুম্লোল মরোল মরোল ফাওনা লৈরক্লবা
তমথীবা থম্মোয়গী মশক —
তাক্লি ফজরবা তাঈবঙসিদা,
য়েক্লি মীওইবগী ফজদবা মায়কৈ অমা
সভ্যতাগী ওন্নতৈনবা শক্তম।

করামচাউরবা বিজ্ঞানগী শক্তিনা
থারৈবাক্তা পজেঙফীরাল ফনা য়ুংলূরবস্থু
শুমহৎহৈরবা শিল্পীগী শিল্পনা
অশিবগী মশাদগী
রাগিণী চিংথোকপা ঙম্নবস্থু,
রাজনীতিগী থাঙশাংনা
পৃথ্বী পূম্বা জয় তৌহুনস্থু
মীওইবগী থম্মোয়দা লৈরিবা
তমথীবগী রাথলসিমদি
ঙমদ্রি মুৎথৎপা ঙসিফাঙবা —
অহুনা বিজ্ঞানগী ফজরবা খুৎশেম্না থল্লবা
সভ্যতাগী ফূম অসিদা
অমোৎপগী মপৈনা হার ওঈহুনা
পুক্লিংহুরবা হূ পাম্বীগী লৈকোল
শেম্লি মীওইবগী পূক্লিংনা।

থম্মোয়গী থুপ্লবা কাচিন্দা
মশাগী মিংচৎ পাম্বা রাথলবু
শাস্ত্রগী মরৈনা য়োমহুনা লোংলিবা
মায়চৌ পণ্ডিত কয়ানা
ফজববু নমথনবগী নমথাক তৌবা লাল্লোঙ
শীল্লি সভ্যতাগী মায়োক্তা

সভ্যতাগী মায়োকরা শোন্দুনা।
মরৈবাক্কী চাক্লিববু নুংশিবা হৈতবা
মরৈবাকনীংবা কয়ানা
দেশভক্তিগী মচু শঙলবা ফীজোল শেত্তুনা
হোৎনরি সভ্যতা শেমগৎপা
সভ্যতাগী ওয়তৈনবা রাখল থম্মোয়দা কোন্দুনা।
ঋষিগী থম্মোয়দগী চেনথরকপা
লূরবা ভক্তিগী ঈচেনসু শেংহনবা ঙমজ্রবা
ওক্কবীগী শাইগোন্দা চাক্তরিবা
ওক্কবশিংগী হন্থরবা লমচৎনা
চাইরি অপুম-অশাগী মনম
সভ্যতাগী পূক্নিংহুরবা হূ পান্বী মরক্তা।

অহুবু অমোৎপা অরুবা কয়া পুহুনা
তাউরি পনথুং নাইদনা সভ্যতাগী ফূম
মীওইবগী পূক্নিং থম্মোয়গী
অঙকপা শকফম —
মতমগী শৈথাঙ শৈরোল কয়ানা শেমথ্রবা,
মৈহৌরোনগী রায়ী শীংবুন
পূন্সি-শক্লোন কয়ানা তিনথ্রবা
তাইবঙ-শক্তম।

অহুনা বসন্ত ঐগী বাঁশীনা

লাওতক্লরি নুমিৎচুপ্পা ঈশৈগী তুফাং থপ্‌তুনা
তমথীবা অমোৎপা লৌনম্বা থম্মোয়না শেম্বা
সভ্যতাগী ফুম অসিনা

অশেংবা ফজবগী শক্লোন মরক্তা
অথুম্বা থম্মোয়তনা হৈজিন্দুনা শেম্বা
সভ্যতাগী হিদেন য়ৌখিনবা
অরূবা অশেংবা তোর্ব্বান অমদা ।

রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ সিংহ

[ লাইশ্রম সমরেন্দ্র সিংহ, (পোকপা ১৯২৫) য়াইস্কুলদা পোকখি। ওঝা ওইনা পুন্সি লেল্লি। ছাত্র ওইরিঙৈদগী হৌনা ইবা, য়েক-খোৎপা পাম্লকই। বাংলা লোন নিংথিনা খঙজি, ঈশৈ-নোংমাইদা থরাই য়াওই। "রা অমতা হায়গে তেলংগা", "মমাঙ লৈকাই থম্বাল শাৎলে", "খুল অমগী রারী" কৌবা শৈরেংগী লাইরিকশিং ফোঙজি। শৈরেং ইবদা নত্তনা লমকোই রারী নিংথিনা ইবা মীশকনি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা কবিরত্ন উপাধি পী, সাহিত্য একাদমীগী মনাস্থ ফঙজি। ]

# আফ্রিকাগী রাখন্দগী

নহাক্কী অপঙবা রাখন্দগী
নহাক্কী অশাওবদগী
কাপথোকখিবা গুলিনা
চাকথেকখি ঐহাক
অকংবা উনা ওইনা কেনখি
তিনখি ঐহাক লৈপাক্তা কেমত্থুনা উফুন মরক্তা
অত্থুবু চঙখি অনৌবা উপালদা
ওইরকই অমুক অশংবা উনা
ঐহাক
চাকখি মৈগী গুলিনা থবাক্তা
হাইথখি লৈমায়থক্তা
লমখুনুগুম ওনখি ঐহাক

অতিয়াগী চেক্লানা পুথি ঐহাক্কী থরায়
আফ্রিকাগীসাহারা নাইজেরীয়া
আরবকী লৈঙোয়লমদা
ভিয়েটনাম ফরাসি ইন্দোচিনা
কোরিয়া শীন্না
অনৌবা পাঙ্গন পোকখি ঐহাক্কী
অনৌবা থরায় অনৌবা হকচাং
ঐহাক
হিটলরগী বুটনা নেৎথ্রবা ঐগী হকচাং
তকথায়থ্রবা নাতসিগী তেঙ্কনা ত্রেক্করনা
তাহৎথ্রবা কনসেনত্রেসন কেম্পতা
থুদেকথ্রবা কেমথ্রবা ঐগী শরূ !
হৌগৎলকই অদুবু ঐহাক
মীওইবগী মীনুংশিতগী মতেংনা
মরূপ
অনৌবা নুমীৎকী মঙানবু খনজিল্লিবা নহাক্না
নহাক্কী নমথীরবা অপুম্বা সভ্যতা
মতমগী চানজ্রবা
মতমগী ঈচেনগা তিন্নদ্রবা !
য়েংলিবনি ঐহাক
অরাংবা চীংগী চীংদোন্দগী
ঙাইরিবনি অমম্বা লৈচিন্না মাঙখিবা
নহাক্কী থম্মোয়দগী।

— লাইশ্রম সমরেন্দ্র সিংহ

[ রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর (১৮৬১-১৯৪১) কলিকতাদা পোকখি। বাংলা লোনগীদা নত্তনা ভারতকী মমিং লৈরবা কবিনি। শৈরেং ইবতা নত্তনা, রারেং কয়া, উপন্যাস কয়া, রারীমচা কয়া ইখিবা মীনি। খৃঃ কুম ১৯১৩ দা মহাক্কী শৈরেংগী লাইরিক "গীতাঞ্জলি"—গীদমক সাহিত্যগী নোবেল প্রাইজ ফংখি। শান্তিনিকেতন বিশ্ববিদ্যালয় মহাক্না লিংখৎলম্বনি।]

# কর্ণ কুন্তী রারী শানবা

কর্ণ। পূন্য চেল্লবী জাহ্নবীগী তোর্বান্দা
লূপচরি সন্ধ্যা-কোরৌবু থুরুমজবদা।
কর্ণ কৌই ইমিংনা, অধিরথকী মচানি
নাউপুন্থুনা পোকপা রাধাগী গর্ভদা
মহাক অহু ঐনি : তাকপিয়ু ঐঙোন্দা কনানো ইমা নঙবু!

কুন্তী। ফরে, নপুনশিগী অহানবা অয়ুক্তা
নঙবু শকখঙনহনখিবা তাইবংপানগা
মহাক অহুনি ঐহাক, লাক্লিবনি ইকাই পুম্বা হুন্দোক্লম
তাক্লগে হায়না নংঙোন্দা ইশাগী ইশক ঙসিদি।

কর্ণ। দেবী, লুরুক্লরবা নঙগী মীৎয়েংগী মঙালনা য়ৈবদা
মহী চেল্লে ঐগী থম্মোইসি
নুমিৎকী মৈশানা য়ৈবদা অকনবা উনগী মতুম শোদোকপগুম
নঙগী খোঞ্জেল তাজবদা হৌথ্রবা মপোক্তগী লোয়্নরক্লবা

লোইনাইত্রবা মৈচাক য়াকায়হল্লয়ে কর্ণ ঐগী নাকোংসিদা
তাকপিয়ু ঐঙোন্দা, হে শকথঙদবী
থুপলবা করম্বা খঙঙমত্রবা লীপুন্না
মপোকসি ঐগী পুল্লিবা নঙগা ।

কুন্তী। তপথখো,
ফরে, ঙাইখোসে ঙাইহাক্তং ।
তাখিসনু কোরৌহনবসি নোংচুপ চীংমায়দা ।
য়াচঙবগী তবুম্বা মঙালনা কৃপশিল্লকখিসনু
তাক্লগে নংঙোন্দা অথৌবা, কুন্তীনি ঐসি ।

কর্ণ। নঙবু কুন্তী ! অর্জুনপোকপী ।

কুন্তী। মানি অর্জুনপোকপীনি, মহুগীদমক্তা
থমগনু নপুক্লিংদা হঙ্গোই-রাখল্ !
থরুম তৌগনু নপুক্লিংদা ।
হাস্তিনাপুরদা খুৎলাই চাংয়েংনখিবা
নীংশিংলকই ঙসিদি নুমিৎতু
নোরবা পাখং নঙনা চঙলকখিবহুদা তপনা
খুৎলাই-চাংয়েংনফমহুদা থরানমিচাকনা থাম্লবা
নোংপোক অতিয়া মকোইদগী
নৌনা হন্দোরকপা নুমিৎকুম
ফিজং মরুমদা লৈবী নুপীলক্তুদগী
মুংশি-ইখৌগী খম্বা লৈত্রবা তাঙজ-লিনবু

রাঙাং থোকচন্দ্রবী লাইবকথিবী কনাগী
ফুল্লবা থম্মোইদা হৌহনখিবগে ?
কনাগী মীৎনা নঙগী নশাপুম্বদা
নানবিদুনা চুপপিখিবগে নুংশি-খৌরাংনা ?
মদু তৌখিবদু অর্জুন পোকপীনি।
কৃপাচার্য্য চঙলক্কুনা নোক্লদুনা
নঙবু পোকপা পম্মৌগী মিং হংলদুনা হায়রকপদা
'নিংথৌ শাগৈদা পোক্তবা মীনা
অধিকার লৈতে অর্জুনগা লাম্বা পাবগী'
ঙাঙশিল্লবা লুরুক্লবা নঙগী নচিন্দা
রাঙাঙবা থোক্তনা লৈখি উতিংবগুম লেপতুনা।
ইকাইবগী মৈদুনা চাকখি অচাকপা মৈরিগী পাংখক্লম
লাইবকথিবী কনাগী থম্মোইবু ?
চাকখিবদু অর্জুন পোকপীগী থম্মোইদনি।

ধন্যনি, ইচাইবুংঙো দুর্যোধন, খুদক্কুদা নংঙোন্দা
থিন্দোকখিবা অংগ লৈবাককী নিংথৌ খুবম।
য়াইফবা ওইসনু মহাক। ঐগী মীৎ অনীসিদগী
শিনথরকপা পিগী ইরানা নঙগীদমক
চাইথখি অভিষেক্কুদা নঙগী। মতম অদুমক্তদা
নুংঙাই-মরাঙ হৌরবা সুত অধিরথদু চঙলকখি
লম্বী খায়র খায়রদুনা খুৎলাই-চাংয়েং ময়ায়দা।

খুদক্তু দা নিংথৌগী ফিজোল শেৎলহুনা
খঙনিংবনা লাঙতক্লরবা মীয়ামহুগী মরক্তা
অভিষেককী চোৎলবা নকোক্তু দা শোক্লহুনা
অহল-ওইরবা সুতগী খুয়াদা খুরুমখি নঙনা অপোকপনি
হায়না ।

পাণ্ডবকী মরুপ-মপাংশিংনা নোক্লখি য়াক্লবা মিনোক্তা
করেম-কথাইনরহুনা । মিকুপতুদা চাউথোকনা
নঙবু অথৌবনি হায়রহুনা, হে পাথৌশিংগী অথোইবা
য়াইফ-মঙ্গল পীখিবহু অর্জুন-পোকপী ঐনি ।

কর্ণ খুরুমজরি নঙবু আর্যে ঃ নিংথেম পোকপীনি নঙদি
তরক তরক্লা নতোমতা করিগী ওইবিরবনো মফমসিদা ?
মফমসিদি লানবুংনি, ঐনা সেনাপতিনি কুরুগী ।

কুন্তী ইমাগী ইবুংঙো, ভিক্ষা লাক্লিবনি ইমা
হুলহনগনুকো নীংবা কায়না ।

কর্ণ। ভিক্ষা হায়বা ঐঙোন্দগী
ইশাগী নুপা ওইবগী ইতৌ নত্তনা
ধর্ম্ম হায়বহু নত্তনা তাকপিয়ু অতৈদি
কৎচগে নঙগী নখুয়াদা ।

কুন্তী লাক্লিবনি নঙবু লৌশিনবা ।

কর্ণ। পুবিগদৌরিবনো ঐবু কদাইদা ?

কুন্তী ইমাগী থৌগংলবা ইথানুংদা, ইমাগী ফৈরাথকসিদনি ।

কর্ণ। নপাম্নী মন্তা পোকপী য়াইক্কবীনি নঙদি
ঐদি শাপৈ-জাৎ লৈজব্রবা তোলবা নিংথৌনি
পীবিগদগে কদাইদা ঐগী মফম ?

কুন্তী। পূম্নমক্কী কোকলেন্দা
ইচাপুম্বগী মথক্তা ফমহনগে নঙবু
নঙদি পারি অহলনি ইমাগী।

কর্ণ। করম্বা অধিকারগী ময়াইনা
চঙলুগনি ঐহাক্না মফমদুদা ?
লৈবাক, লন-থুমগী মপু ওইহনবিরবা মখোয়দুদগী
মখোয়না ফংজরিবা নুংশি-লনদুদগী পলেমগী
করম্না ঐগী শরুক খাইরকউ হায়রুগনি তাকপিয়ু ঐঙোন্দা।
পলেম ইমাগী থম্মোইদি
লৈবা ফংদে চৌবরগী পোনথানা
মায়থীবা পীওমদে পাম্বোম-পাঙ্গলনা
নোংদম্বগী খুদোলনি মসিদি।

কুন্তী। ইমাগী ইবুংঙো,
নোংদম্বগী অধিকার পুরদুনা নোংমা
লাকখিবনি নহাক ইমাগী তম্পাকসিদা,
অধিকারদুনা মায়পাক্না হল্লক্লো লাউ,
লাউ চিংনবা লৈতনা, নচিন-ননাউশিংগী মরক্তা
ইমাগী তম্পাকসিদা লৌরো নঙগী নফম।

কর্ণ।  হে দেবী, তাজয়ে মঙলানগুম্বা নপাউদু।
য়েংবিয়ুসে অমম্বনা ইকুপ কুপশিনখ্রে মাইকৈপুম্বা।
ইচিক হুনখ্রে মাইকৈ মরিমক
মখোল থোকখিন্রে ভাগীরথী।
পুবিরি ঐবু মায়ানা কৃপ্পবা করম্বা লমদম অমদা
অকাউবদা লূপগ্রবা লৈফম অমদা,
অচুম্বগী পাংথক ওই কুইগ্রবা
নঙগী রাকমসিনা য়াকাইহনবিরে
ইশুম শুমহৎপিরবা ঐগী রাখলসি।
ঙসিদি শাৎকাই-ঙমত্রিগুম্বা নারা পুনশিসে ঐগী
কোইশিনবিবগুমগ্রে পলেম-শিয়োমনুংগী অমম্বনা।
হে নিংথেম পোকপী,
অচুম্ববু ওইরবস্রু ওইরবস্রু, মঙলান লাকপিয়ু নুংশিহৈবী,
লাইবকসিদা, থদাংসিদস্রু য়েৎথংবা নথুৎতু নঙগী
থম্মিয়ু মিকুপ অমতং।
ঐবু পোকপী পলেমনা হুন্দোকপিখি হায়না ঐবু
তাজখি মীগী মচিন্দগী, কয়ারক হুন্না হুন্না উজখি
থেঙলবা অহিংগী মঙলান্দা
ঐবু য়েংগে হায়না ঐবু পোকপী পলেম ইমানা
তপনা তপনা লাক্লবদা থম্মোই শোক্না মঙোন্দা
কপতুনা হায়জখি, 'ইমা, হাইদোকপিয়ু মায়থুম
য়েংজগে নঙগী মায়থোঙ।' উহনবিরম্লগা অস্থুম্না মূত্তিদু

মঙলানদগী মাঙখি খোয়াংজরবা।
মঙলানহু ঙসিদি য়াচংবসিদা, লানবুংসিদা
ভাগীরথীগী তোর্বানসিদা পাণ্ডব-পোকপী-শক্রমদা।
লেঙবিরক্রমাল্লে ; য়েংবিয়ু দেবী,
অসোম য়াংমদা পাণ্ডবকী লানশঙদা,
ঙাল্লিবসি থাউমৈ পরেং পরেং
সোমথংবদা অনকপদা মথৌনা হল্লবা
কৌরবকী শগোল লক্ষা লক্ষাগী
লোঙখুমগী মখোলনা নিল্লিবসে শগোল শঙদা।
হয়েং অয়ুক্তগী হৌরগনি অকনবা লাণ্ড্রাউ।
অহিং অসিদা ঙসিগী করমনা তাজরিবনো
অর্জুন পোকপীগী মচিন্দগী
ঐবু পোকপী পলেমগী নুংশি-খোঞ্জেন্দু !
মাগী মচিন্দগী নুংশিরবা ঈশৈগুম
করিগীনো ঐগী মিংসিনা থোক্লকলিবনা !
থম্মোইসি ঐগী ইথা থাজরুদনা
চিংশিনবিরে ইচিন-ইনাউনি হায়না পাণ্ডব মঙাগী মাইকৈদা।

কুন্তী। অহু ওইরবদি ফরে লাকও, ফরে লাকও।

কর্ণ। চৎচগে ইমা ! চৎচগে, হংজরোই করিসু
চিংনজরোই করিমতা, খল্লুররোই করিমতা।
দেবী, পলেমনিকো নঙসি ঐবু পোকপী।

নঙনা কৌবিবসিদা হৌরবা লানঙম - মোইবুং-খোঞ্জেল
খঙ্গয়ে পুক্নিংদা মিনম্বনি
লানগী হিংসা, অথৌবগী মিংচৎ, মায়পাকপা-মায়থূবা
কদাইদা চৎকদবনো, পুবিরো লেঙলসি।

কুন্তী। অসোম ঝাংমসিদনি
লানশঙসিদা ঙাম্লিবা থাউমৈনা ইংনা-চিক্লা
অঙোবা লৈঙোই শেক্তা মথক্তা।

কর্ণ। মফমত্তুদ' ফংজনিকো
মাঙপ্রবী পলেমবু মতম চূপ্পগী ওইনা!
মফমত্তুদা ফংজনিকো
থৌজালগী ধ্রুবতারানা নীংথিরবী নঙগী মিংশ্নাদা
ঙাল্লমবদো অহিং চূপ্পা!
দেবী, হায়বিযু অমুক্কা হন্না
নচানি হায়না ঐসি নঙগী।

কুন্তী। ইমানা পোকপনি নঙসি!

কর্ণ। অত্তুদি করিগীদমক্তা ঐবু
লাপ্পা হুনদোকপিখিবগে ইজৎ ঙাকপিদনা
শাগৈ-জাৎকী চাউথোকচবা ফংহন্দনা
পলেমগী মীৎয়েং ঝাংমদা
ময়বা শকখঙত্রবা তাইবংসিদা?
করিগীদমক্তা ঐবু পুন্সিসিমগী

হংগোই-তুকচনা লংশেকপিখিবগে ঈচেলহুদা
ইচিনইনাওলক্কগী থমবিখিবগে ঐবু তোথায়না ?
থমবিরকখিবনো নরা-পিশক ওইরিবৈদগী
ঐগা অর্জুনগা মুংশিনহন্দনা
অরোনবা হিংসাগী লীচিংনা
চিংশিন্নহনবিখি ইবানীবু উওমদনা ?
ইমা, করিগী খুম্বিত্রিবনো ?
অমম্বগী লৈরোল লৈরোলনা থায়দোক্কনা
থম্বিখি নওগী ইকাইবনা
শোকপিখি ইশাপুম্বা তপ্না তপ্না
উহনবিখিদে মীৎসি তোক্লসি অত্তুদি ।
করিগীদমক্তা ঐবু লংশেকপিখিবা তাকপিরমু
তাইবংপানবদা বিধিগী অহানবা খুদোল
পলেমগী নুংশিবা হায়বহু, লাইরমলেনগী লনহুবু
অপোকপা নচাগী মফমদগী করিগী মুনবিথ্রিবনো
পীবিরমু পাউথুমম্মু ন্নাহংসিগী । তাকপিয়ু ঐঙোন্দা
করিগী লাকপিরি ওসিদি কোনশিনবিগে হায়না নতম্বাক্তা ?

কুন্তী । ওক্লে ইবুংঙো, নওগী মীচৈসিনা
বজ্র চাম-ওই শেগায়রসনু ইমাগী থম্মোই
মচেৎ মচেৎ চামথোক্লা । লংশেকখিবনি নওবু
অভিশাপ অত্তুদগী, থাগোম্নরবস্থ ইথাসিদা ইচা মওা
খল্লি ন্নাথলদি মচা লৈজদবীগুম

অরাবনি অহুবু, তাইবংপানবসিদা
তিংথোক্লগুনা পাম্বোম অনিসি নঙগীদমক
থোরকখিবনি নঙবু কোয়না থিবা।
লংশেকপিগ্রবা মীয়াইগুনা ইচাহুগীদমক
চাকলিবা মৈচাকসিনা থম্মোইসিদা
ইশাসি আরতি ওই কৎলবনি তাইবংমপুদা।
ঙসিদি ঐহাক লাইবক ফয়ে,
ফংলে, নচিন অহুমকনা
ঙাকপিয়ু ফৎত্রবী নমা ঐবু
অহুগুম্বা ঙাকপিবহুনা নঙগী
মৈরি পাংথক ওই হেন্না কন্না চাক্লসনু
কোকহনবিরসনু ঐবু পাপতগী
পীবিরসনু অচিকপা ঐঙোন্দা।

কর্ণ। ইমা, পীবিয়ু খুয়াগী উফুল, খুয়াগী উফুলহু ইমা,
লৌবিয়ু মীৎকী পিসি নচাগী।

কুন্তী। নঙবু কোঞ্জবগী ইথাসিদা
নুংঙাইবগী আশাদা ইমাগী ইবুংঙো
লাকপা নত্তে নঙগী থোঙজিনদা।
লাকপনি নঙবু হঞ্জিনহনগে হায়না
নশাগী অধিকারনা ফংফম থোক্লবা মফমহুদা।
নত্তে নঙদি স্নুতমচা, নিংথৌগী মচানি

থাপনা ইকাইবা পুম্বা থাদোক্লমগা ফরেসে,
লাউ চৎলসি লৈরিবা মফমদুদা নচিননাউ মঙানা।

কর্ণ। ইমা, সুতমচানি ঐদি, পলেম ইমানা রাধানি
মসিদগী হেনবা লেমজনিঙাই লৈজদে নচা ঐগীদি
পাণ্ডবনা পাণ্ডব কৌরবনা কৌরব ওইনা লৈজসনু
মিহৌজরুদে কনাবুস্নু ঐনা।

কুন্তী। নশাগী নরৈবাকপু
নপাম্বোমগী পাংগলনা লৌররো, ফরে কল্লরো।
হুমগনি অঙৌবা চামর যুধিষ্ঠিরনা
ভীমনা থানগনি শেকপিন, পাংগনবা ধনঞ্জয়না
ওইগনি দোলাইগী সারথি, ধৌম্য পুরোহিৎনা
শকনি-শোনগনি বেদমন্ত্র। নঙনা য়েক্ল-ঙম্বা ওই
ঙমখৈ লৈত্রবা নতিক-নঙালনা মরূপ-মপাংগা লোয়নদুনা
রতনগী সিংহাসনদা ভানথোইগনি য়েক্ল-তিথং লৈত্রবা
লৈবাকসিদা।

কর্ণ। তাংবল! পলেমগী নুংশি-নাউকোল ফংজরবা মীদুদা
মিহৌহনবিরিবরা ইমা লৈবাক-মিহৌবগী অপাম্বনা?
নোংমা লংশেকপিদুনা মরী তৎনখ্রবা লন্দু
অমুক হল্লিনদুনা ফংবা ওয়রোই
নঙনা হল্লিরা ফংবা ঙম্বগী রাংমদা লৈগ্রে।
ঐবু পোকপী পলেম, ইচিনইনাউ, ঐগী নিংথেম শাগৈ

ইমা মাঙহনবিখি মিকুপ অমদা, মাঙহনবিখরে মরু ফংনা
মিকুপ্তুদা ঐনা পোকখিবা। লৌনল্লগা ঙসি স্থত ইমাবু
নিংথেমপোকপীবু ইমা কৌরুরবদি,
কুরু নিংথৌগা লৈনরিবা মরিসি
থদংতুনা চংলবদি নিংথৌ সিংহাসন করামদুনা,
অদু ওইরবদি তুরুচনিংঙাইনি ঐসি।

কুন্তী। নঙদি পাথৌনি, পোকচবনি ইমানা,
য়াইফবনি নঙদি! অরাবনিদকো ধর্ম হায়বসি
অস্থক তমখিদকো নঙগী চৈরাকসি!
মুমিংত্তুদদি কনানা খঙলুগনি, অরাবনিকো,
তেংবাং য়াওব্রবা তোল্লবা নরাদুনা
লংশেকপিগ্রবা, কদোমদগী, করম্বা কালদা
ফংজরক্তুনা মথৌনা, মপাংগল,
নোংমদি মল্লবা লমশাংসিদা হল্লক্তুনা
মহাকপু পোকপী মমামক্তা পোকপা মচাশিংদা
থারগনি হায়বসি মাগী তমখিবা খুংলাইনা।
কয়াদা কনগ্রবা অভিশাপনো মসিদি!

কর্ণ ইমা, কিবিগনু।
হায়জরিবসিনি জয় ওইগনি পাণ্ডবনা।
ঙসি অহিংসিগী অমম্বা মরকসিদা
য়েংলুবদা থরান-মৈরাসিদগী
খঙবা ঙমজরে অকনবা লানগী পোলোই।

ইচিক হন্নবা মিকুপসিদা মপাল নাইজ্রবা অতিয়াদগী
তারক্লে থম্মোইদা থমথেংনা থাগুজবা মাগুগ্রবা
অরেম্বা তারবা মায়পাক্লরোইদবা হোৎনরুবা
ঈশৈগী খোনথাং আশা লৈত্রবা থবককী হোৎনজমল,
উজরে চিক্লবা ঈহাঙ হাণ্ডলবা পোলোই ।
মায়থীরগদবা মীচগুহুবু থাদোকলমহুনা
কৌবিরনু ঐবু হন্না ।
লৈজহোরগে ঐদি নীংবা কায়রবা মীচংহুদা;
পোকখিবা অহিংহুদা লংশেকপিখি তাইবংসিদা ঐবু
ইমিং খোনবিদনা, ইয়ুম লৈজদনা।
ণ্ডসিস্থ অহুগুম্না ঐবু
থাদোকপিরমলো পলেম অপোকপী
নুংশি খণ্ডদবা থম্মোইনা
মণ্ডাল-মশেক য়াওজ্রবা, মিংচৎ লৈত্রবা মায়থীবা মরকসিদা ।
আশীর্বাদ অসিমতংদি পীনবিরম্মু ঐণ্ডোনদা
মায়পাকপা, মিংচৎ, লৈবাক মিহৌ-করাম্বনা
পাথৌ-খুনামদগী চোইজদনবা খোঙফম ।

বাংলাদগী হন্দোকপা : আইআর. বাবু সিংহ

[ কমলা দাসঃ অশেংবা মিংদি মাধবী কুটি কৌই; খৃঃ কুম ১৯৩৪ দা কেরালাদা পোকই। "দি ইলসট্রেটেদ ৱিকলি ওফ ইন্দিয়া" অমসুং "দ য়ুথ টাইমস"কী পোইত্রিগী ইদিটর ওইরম্মী। বুক পোইন্টকী প্রোজেক্ট দাইরেক্তরসু ওইরম্মী। এসিয়ান পোইত্রি প্রাইজ, মনিলাগী পিঃ ইঃ এনঃ গী মনা, কেরলা সাহিত্য একাদমীগী ৱারীমচাগী মনা, ফিয়ারলেশ (অকিবা পোক্তবা) জর্ণেলিজমগীদমক পীবা চিমনলাল প্রাইজনচিংবা ফংঙি। সাহিত্য একাদমী মনা ফংঙি। "মাটিলুকল", "প্রেমাটিনতে বিলাপকাব্যম" কৌব ৱারীমচাগী লাই-রিক, "এন্টে কথা" ইংরাজীদা "মাই ষ্টোরি" কৌবা মপুন্সিগী মরমদা ইবা লাইরিক ফোঙডি। "সমর ইন কলিকতা", "দি ওল্ড প্লেহাউস" কৌবা ইংরাজী দা ইবা শৈরেংগী লাইরিক অনী, অমসুং "এ দোল ফোর দ চাইল্ড প্রোসটিট্যুদ" কৌবা অপিকপা উপন্যাস অমসু ই। ]

## শক্তাকপা

ঐ রাজনীতিদা থওদে অহুবু [illegible]

[illegible]

অনিদা ইবা ওস্মি, মওনা অমদা মওডি।
মী অতৈনা হায়, ইংরাজীদা ইগন্নুনে,
নমারোল নত্তে ইংরাজী হায়বসি।
সমালোচক, মরূপ-মপাং ঐখোয়দা কোয়থোকপিরকলিবশিং
মাম, ইপন-ইথুয়ানা পোকপা ইচিয়াউশিং
নখোয় পুন্নমক ঐবু ইতোম্মতা
কৈদৌবগে অমুক্তা থাদোকপিযুবা ?

ঐনা ওাওলিবা লোনদু
ঐগী ইরোন ওইরবনি, লোনদু
ওাওবদা ঐনা শোয়রিবা, মরিং-মরাংবশিংদু
পুন্নমক ঐগীনি, ঐ ইতোম্মতগীনি।

তংথাই অমনা ইংরাজীনি,
তংথাই অমনা ইন্দিয়াননি
নোকনিংবা, ফাগি মানবা জাৎনি
অদুবু পুকচেল শেংনা ওাওজবনি মসিবু
ঐসিনা মীওইবা হায়বদু ওইরিবস্নুমা
লোন অসিসু মীওইবগীনি,
ভাব তাবিরবরা ? লোন অসিদা
ফোওদোকচৈ ঐগী দুংওাই-রা
ঐগী অপাম্বশিং ঐগী আশা কয়া
কাকনা খোংলগা

নৎত্রগা নোংশানা ঙংবদা
কান্নজবা ফংবা অহুমনা মখোয়দা
ঐঙোন্দস্থু কান্নে মসি
অতৈদা লৈতবা ঐঙোন্দা য়াওজবা
তাবা, উবা ঙমলিবা,
তাবা ঙমলিবা অমস্থুং খঙ-উবা ঙমলিবা
পুকনিং অসিগী মরোম্নি
মীওইবগী লোম্নি মসি।
মনা পঙদে, অর্থ খোক্ত্রবা লোন নত্তে,
নোং-মুংশিংনা হুম্বদা উপালদগী খোয়কলিবা,
নৎত্রগা মোস্থুমীগী লৈচিন নৎত্রগা নোং
নৎত্রগা শমজিন্নবা য়াত্রবা
পোৎলোইবদা চাকলিবা মৈগী
মরোলস্থু নত্তে মসি।

ঐ অঙাং ওইরম্মী মমৈদা
মীনা হায়নৈ ঐ চাউখৎলকই
মরমদি ঐ য়াংবা হেনগৎলকই
ঐগী হকচাং-কায়াৎশিংসি
মকাফল্লকই মফম অমনীদনা
শম, তু হৌগৎলকই
ঐনা মুংশিবা হায়বহু খৌরাংলুবদা
অতৈ করি অতোপপা অমা

পাম্বগে ফোঙদোকফম খঙজ্রবদা
ফমুংদা চহি তরাতরুক্কী পাথং অমা
পুশিল্লক্লগা মহাকনা থোঙ লোনশিল্লম্মী।

মানা ঐবু ফু-চৈবদি তৌদে
অতুবু ঐগী ইতেক তেক্লবা নুজ্রাগী হকচাংসিদি
শাথিনা নৈহৎপিবগী চৈনাতু ফাওখি।
ঐগী থবাক অমস্তুং পূক্কী অরূম্বতুনা
ঐবু তকখাইবিথি ঐ রানা কোনশিন্দুনা থাঙখি।
অতুদগী... ঐ ফুরিৎ অমা লৌৎ
ইবুংগী খোঙগ্রাউ অমা শেৎলগা
শমসি তেন্না ককথৎলগা থৌশারুদ্রে
ঐগী নুপী ওইবগী মওং-মতৌদ্থু।

শাড়ী শেৎলু লৈশাবী ওইয়ু
য়ুমগোইবী নুপী অমা ওইয়ু
মীনা হায়। লোন-খোৎপা হৈজিল্লু,
চাক-ইনশাং থোংবা হৈবী ওইয়ু,
মীনাই-মীশলশিংগা খৎন-লাউনবা
হৈশিংবী অমা ওইয়ু।
চুশিন্ননবা, চাশিন্ননবা হোৎনৌ
সে য়াওশিনবা হৈবা তস্মু
হায়রকই কাঙলুপ খায়বা হৈবশিংতুনা।

শম্বলগী ফকলাং মথক্তা ফমগনু
নৎত্রেগা য়েংদুনা লৈগনু
পর্দা হাপলিবা ঐথোয়গী থোঙনাউদ্রুদগী।

অসি নৎত্রেগা কমলা ওইয়ুনে
নৎত্রেগা খরগা হেন্না চনবদা
মাধবীকুট্রি ওইয়ু। মিং অমা থনবা মতম চারে,
তৌগদবা শিনফম অমস্তু।
তৌশিন্নবা শান্ন-থোৎনবা তৌরনু
মীশক অনী মালহন্দুনা ঙাওশিন্নরনু।

নুংশিবদা নীংবা কায়রগা
মথোং-মরম খঙদনা
পংহৌদা হৌনা কপকনু ...।

ঐনা নুপা অমা থেংনরুই, নুংশিরুই মাবু
থোইদোক্না মমিং-মথাগা লৈতে,
ঐসিনা নুংশিবা থিরিবী
নুপী থুদিংমক হায়বতু ওইবগুম
নুপীবু পাম্বা
নুপা হায়বা জাৎতু মাতনি।
মঙোন্দনা ...
থৌগংলবা ঈচেলগী ঙাইঙমক্রবা তহাবস্থনি

ঐনা ...
সমুদ্রগী চোকথবা লৈতনা ঙাইবত্তুনি
মী খুদিংমক্তা হংঙি ঐনা কনানো নঙবু
মত্তুগী পাউথুমনা ঐনি হায়রবসিনি।

মফম অমদস্মু মফম খুদিংদস্মু
পৃথিবীসিগী মনুংদা লৈবা মীবু ওইরবদি
ঐনা থেংনরুই
মশাবু থাঙথুমদা চেৎনা হাপচিল্লিবা থাঙত্তুনি হায়জবা
মী ঙাক্তা।

ঐনি, ইতোম্মতা য়ু থকলিবী
লম্লানবা শকথঙত্রবা টাউনশিংগী হোটেলদা
পূং তরানিথোইদা, নোংয়াইদা।
ঐনি নোকলিবীত্তু
ঐনি ফমদিন্নরুরগা ইকাইজরক্লিবীত্তু,
ঐনি থোনাউদগী
হোয়ো হোয়োবা খোঞ্জেল
শিরমদাইদা থোক্লুনা শিরিবীত্তু।
ঐ পাপীনি, সাধুনি।

নুংশি-চান্নবীত্তু, লৌনম তৌরিবীত্তু ঐনি।
নঙগী নুংঙাইবা নত্তনা

লৈতে ঐগী মুংঙাইবা অমতা,
নংঙোন্দা পোকলিবা অরা-অনাহু নত্তনা
লৈতে ঐগীদি।
ঐস্মু ইশাবু ঐ হায়না কৌজৈ।

ছন্দোকপা: আইআর, বাবু সিংহ

[ এঃ কেঃ রামানুজন (১৯২৯-১৯৯৩), মহীশুরদা পোকখি। খা ভারতকী কলেজ কয়া অমসুং য়ুনিভরসিটিশিংদা ওঝা। ওইরম্লগা আমেরিকাগী চিকাগো য়ুনিভরসিটিদা ওঝা ওইখি। কবিনি, ফোকলোরিস্টনি। "হোকুলাপ্লি হুবিল্লা" কান্নাড়া লোন্দা শৈরেংগী লাইরিক, "মাস্তোব্বনা আত্মাচরিত্রে" উপন্যাস ই। ইংরাজী লোন্দা "দ ষ্ট্রাইদস", "রিলেসনস", "দি ইনটেরিয়র লেন্দস্কেপ", স্পিকিং ওফ শিব" কৌবা শৈরেংগী লাইরিকশিং ফোঙডি। লাইরিকশিং অসিগীদমক্তা মফম কয়াদগী মনা কয়া ফংখি। ]

## শিবগী ব্রারোল

বাজি লৈখিদ্রবদা
উফুল থাংলবা
চেনা পিকথনবা
টেবল অমা
শেন্দোন কয়, মচানুপীশিং
[illegible]
[illegible]
[illegible]

চাউরকপগা লোয়ন লোয়ননা
ঙাথরক্লবা য়ুম্ন অমা থম্বিরম্মী ।

অশাউবনা চাকথেকরুনবা মী ওইবনা
মোংফমদা পোৎলোইবদা
মৈনা ফজনা চাকথি মহাকপু
মহৌশা মহৌশাগুম লায়না
খোঙ-তোন অনীমক তূনা,
মমীত্তা হাপখিবা শেল ময়েকশিংহুদি
করিমতা খেন্নবা লৈত্রবা
উৎ মরক্তুদা য়াওরম্মী
অহুগা মতৌ থীরবা কারুম কারুম্বা
মক্রেক মক্রেকপা য়াংলেন শরু মচেৎ থরা
খোমজিন্নগা মচাশিংনা চেকশিন্না
পুরোহিৎনা তাকপা মতুংইন্না
রেলরে ষ্টেশন মনাক্কী
তুরেল অহুমগী ঈরোম্নুংহুদা
মায় নোংপোক ওন্দুনা থাদনবা,

অহুবু মতম কুইনা লৈহৌগদবা
মাগী মমিং শাংনা হকপা
তারিখ অনী য়াওবা
ব্রেকেৎ অনীনা কোনশিল্লিবা মনুংহুদা

মহাক মশানা চপচানা
পাঙথোকপা ওয়মত্রবা খুদিংমক য়াওহন্দুনা
য়ুংবা মোংফমগী নূংদি য়াওদে।

লাইর-চুদৎনবা ব্রাহ্মণগী ইমুং অমদা
মমাগী গর্ভদগী মহাকপু
থায়রুনা লৌথোক্লগা পোক্লকখিবগুম
অমস্তুং হার্ট ফেল ওইরুনা
শিখিবগুম উহৈ য়োনফমদা।

অহুবু কনানো অমনা
কিলো কিলো ওনহুনা
লম্বীদা থা থাহুনা য়োনবা
অমুক মথং মথং
ঐনা থুম, ফদিগোমমরু, চিনি অঙাঙবা
লৈবদা য়োম্লকপা খবর মচেৎ মচেত্তা
পোৎচোই য়োনবা হুকানশিংনা
ঐনা অহুক নুংঙাইনবা
অহুগা হন্দক মরক্তি
শিবগী রারোলসি থেংনগদ্রা খনবদগী
তত্তনা পাবা
মাদ্রাজগী পাউচে অমগী

মনুংগী লামাইগী মচি অমদা
হেক চয়োল মরিগী মতুংদা
পরেং অনীদং থেংনখি হায়।

অতুগা থম্বিরম্মী মহাক্না ঐথোয়গী
শকফম, মণ্ডং-মতৌ ওল্লবী ইমাগা
চহি অমদা অমদগী হেন্না
চহিগী পাঙথোক্নদবা পুজা, ইরাৎ-থৌনি

হন্দোকপা: আইআর, বাবু সিংহ

[ সীতাকান্ত, মহাপাত্র, ১৯৩৭ তা উড়িষাদা পোকই । উড়িয়া অমসুং ইংরাজী লোন্দা শৈরেং রারেং কয়া ই । উড়িয়া চীংমীশিংগী ফোকলোর অমসুং ফোকশোংদা মথ্‌াই য়াম্না য়াওবা কবিনি । "শব্দের আকাশ", "সমুদ্র", "অরা ভ্রুশা" কৌবা উড়িয়া লোন্দা শৈরেংগী লাইরিক ফোঙডি । "শব্দের আকাশ" তা ১৯৭৪ দা সাহিত্য একাদমী মনা পীখি । "রাথেনঃ রিচুয়েল ইনভোকেশন সোংস ওফ এ প্রিমিটিব কম্যুনিটি", "গেসচরস ওফ ইনটিমেসি" নচিংবা শৈরেংগী লাইরিক ফোঙডি । মহাক্কী শৈরেং রারেং কয়া ভারতকীদা নত্তনা পৃথিবীগী লোন কয়াদা হন্দোক্কুনা ফোঙডি । খুঃ কুম ১৯৯৩ দা ভারতকী জ্ঞানপীঠ মনা ফঙখি । ]

## য়েন কাওনবা

মায় মায় ওনশিন্নহল্লগা
থৌনা ফরবা অনীদু
ইথী থীনা খুৎশু-খুৎলাই পুনশিনবিরগা
মখোয়না লাউরকই ।

কোয়নোম, কোয়চৎ অমুক তৌদ্রে
অপুম-অশা মরক্তা তীন-কাঙ কোইথি-থিরদুনা
চানিংবনা থৌরাংলবা
হৌদোংশিংগী মথয়াক্তগী

অমসুং হেন্না চানিংবনা খোন্নাংলবা
যুগ কয়াগী অয়ম্বগী মতৌ
থাদোকখ্রবা মীওইবদগী
লোৎতুনা লৈত্রে ।

খুংগং অপুম্বহু
ইথক থকৎনরবা খোল্লাউ, লাল্লাউহুদা
নীকনরে থক থক
কুরুক্ষেত্রগী লানবুংদা
পাণ্ডব কৌরব
নাকপাক নাক্ষপাক তানখ্রে ।

থৌনা ফয়বা পাথৌশিংহুদি
চিক্লবা লমহাংহুদা
কোয়রাং লাণ্ডনরহুনা লাউখোংনরহুনা
শোক্লরিবা লানহু করিগীনো খণ্ডদে;
করিনো অমনা খোৎলকপদা
ঈ শাগৎহল্লকই শিংল্লিদা
মণ্ডকতু তিংথোরকই অহুগা মতুশিংহু
মশাদগী পাইথোকখিগদবগুম তৌই;
তুকচবা, অশাউবা, হাৎনিংবগী অপাম্বনা
ইথন থল্লি ঈ-তোং খুদিংমক্তা ।

মিকুপতা হৌখি অকনবা লাঞ্জাউ
নুমিদাংৱাইগী অতিয়াদু
ঈনা পুমচোৎ চোৎখি ।

মিৎকুপ অমতনি
অদুদগী পুমতাক তাকখি;
নুমিদাংৱাই ওইশিল্লকই
অঙাঙবা ঈগী লংলবা মচুদু
শিথরকই অতিয়াদা
ঈ হাথরকই অদুগা
লোইখি নোংমা ।

খুংগংগী মীশিংদুনা
তুমিন তুমিন হন্নরকই
ইপা পাখৎলবা
শাদোং মতুম অমা পুরদুনা ।

হন্দোকপা ঃ আইআর, বাবু সিংহ

[ হরিবংশ রায় বচ্চন খৃঃ কুম ১৯০৭ কী নবেম্বর ২৭ তা প্রয়াগতা পোকখি। এলাহাবাদ য়ুনিভরসিটি অমদি কাশী বিশ্ববিদ্যালয়দা মহৈ তম্লকই। ১৯৪১ দগী ১৯৫২ ফাওবা এলাহাবাদ য়ুনিভরসিটিদা ইংরাজীগী লেকচরর ওইরম্মী। ১৯৫২ দগী ১৯৫৪ ফাওবা ইংলন্দদা লৈদুনা কেমব্রিজ য়ুনিভরসিটিদগী পিঃ এইচঃ ডিঃ গী উপাধি ফঙখি। ১৯৬৬ তা রাজ্যসভাগী মেম্বর অমা ওইনা প্রেসিডেণ্টনা নোমিনেট তৌখি।

১৯৩৫ দা ফোঙবা "মধুশালা" অসিনা বচ্চনগী মিংচৎকী য়ুম্বী ওইখিবনি। সম্প্রদায়গী ওইবা রাখল থাদোক্তুনা সদ্ভাবনাগী থৌইন্সিন পীবা শৈরেং লাইরিক অসি ভারতকী ঙসি ওইরিবা ফিভম অসিদা য়াম্নমক খন্ন-নৈননিংঙাই ওইবা খুদোল অমনি হায়না লৌনরি। "তেরা হার", "বংগাল কা কাল", "নিশা নিমত্রন", "মিলন যামিনী", "প্রনয় পত্রিকা", বচ্চনগী শৈরেং লাইরিক ঙাক্তনি। ]

## (১)

# মধুশালা

থোৎলল রাখলগী অঙ্গুরনা শুংবা
কালৈদু পুরক্লি ঙসিদি।
ইখুৎমক্লা ইনগনি পাম্মুবী,
য়ুগী পাত্রসে নঙোন্দা ঙসিদি।
মহাওদু নঙগী তংগনি ঐনা হান্না,
ফংগনি প্রসাদীদু জগৎনা কোন্না

থ্বাইদগী হান্না নহাকপু ওকচরি,
ওসি ঐগী কালৈশঙ্‌সিনা ।

নঙবু থৌরাংবনা জগৎপু মৈদা ইক্‌,
শুংগনি ময়াই কার মহিদু মপুংফানা ।
শাগনি জগোয় য়ুরাংবা অমা ওই,
থোঙ নাম্মতা য়ুগী পাত্র পায়না ।

পুন্সিগী অমৃতদি নঙোন্দা,
কৎলবনি হান্ননা ।
ওসি কৎথোকনি ঐনা নঙোন্দা,
তাইবংগী মধুশালা ।

(২)

লম্বী চৎপা অমা ওই ঐনা কোয়রি,
মফম থুদিং ফংই ময়াইকার মহি ।
থেংনদ-মফম লৈতে নুংশি-য়ুরানবা,
মফম থুদিং ফংই য়ুগী পাত্র ।
হে মরূপ, থুংফমগীদি ঐঙোন্দা,
করিস্সু অরাবা লৈতে ।
মন্দির ফংত্রবস্সু মসজিদ থেংনত্রবস্সু,
মধুশালাতদি মফংই ।

ছন্দোকপা : অরিবম কুমার শর্ম্মা

[illegible]

[ডাঃ নচিকেতা [illegible]

মেৎকী বিভর ওটরি। ]

# মহৈ মরোং

মরূসি
চন্নবদি লৈমায়দা
শাগনি জগোব মাসং তাম্বা চানা
ফজরবা লৈগা লোয়ননা
থনগনি লৈনম্না মালেমসি।
মহৈ মরোংদগী লৈ,
লৈদগী লৈনম ফাওরকই
অদুবু
মুৎনাইজ্রবা খৌরাংবনা
ফুৎলি মহৈ মরোংসি।
ওস্থোক্লি নুমিৎ থা তিথি।
শেম্লি লৌনম রাহৈ কয়া।
অদুবু
মুৎপ্রবস্থু মালেমপুম্বগী চৎনবী
মুৎলরোই মহৈ মরোংদি;
ভাক্তনি য়োৎকী মহৈ মরোং।
ফনা কম্না হোৎনরবস্থু য়োৎনবা,
হেল্লু য়ারোই খৌরিদগী।

ছন্দোকপা: ডাঃ এস, তোম্বা

[ অমৃত প্রিতম খুঃ কুম ১৯১৯ দা হৌজিকনা পাকিস্তানগী লম ওইখ্রবা গুজরনৱালাদা পোকই। "সুনহুরে" (১৯৫৫) অমস্তুং "কাগজ তে কেনভাস" (১৯৭৩) কৌবা শৈরেংগী লাইরিক অনী ফোঙভি। অহানবগী লাইরিকসিগীদমক ১৯৫৬ দা সাহিত্য একাদমি এৱার্দ, অনীশুবা অসিগীদমক ১৯৮১ দা জ্ঞানপীঠ এৱার্দ ফংখি। "যাত্রী" (১৯৭১), "তেরৱাঁ সুরজ" (১৯৭৮) কৌবা উপন্যাস অনী, "তিসরি ঔরৎ" মিংথোনবা ৱারীমচাগী লাইরিক অমা, অমসুং "রসিদি টিকেৎ" কৌবা মপুনসিগী ৱারী অমসু ই। ইংরাজী, হিন্দী, ৱাসিয়াননচিংবা লোন কয়াদা মহাকী ৱারীমচা কয়া হন্দোক্নুনা ফোঙভি। ]

# শোক্ল-পন্নদ্রবা অমাংবা

চহী কয়াগী মমাঙদা
নঙ ঐ থোকপা থোকপা তৌনখি
নাচুংলুদনা।
ৱাফম অমত্তুংদি
নঙগা ঐগা কায়নরসি হায়নখিবা মতমদা
অতুগা ঐখোয়গী য়ুম য়োনখিবহৃদা
ঐ খঙবা খক ঙমখিদে।

লৈখি হাণ্ডলবা কোল-লীক থরা মপান্দা
শুমাংদা
ঐখোয়দা শংত্রিক য়েংলহুনা।
তারি অতৈনা থক-খা ওন্ননা
মমায় লোৎল লোৎলহুনা।

কংশিল্লক্লবা উরী অমনা
য়াম্ব্রকখি থোঙদা
রাকৎপা ওইরম্বা য়াই ঐখোয়দা,
নৎত্রগা ঈশিং কোপ্লিনহুনা
ঈশিং মরাংকায়না তাবা ঙমদবগী।

পূম্নমকসি হৌজিক্তি
কুইনা কাউথোকখ্রবা নীংশিংবা ঙাক্তনি
ঐ নীংদমক নীংশিংলি
শোক্ল-পন্নবা য়াক্লবা অমাংবহুনা
মহাক্লা করিগীনো থঙদে
ঐখোয়গী হাঙলবা কাহুদা চঙখিবহু।
থোঙ অহুদি শো লোনখ্রে
মপান্দগী।

নুমিৎ হুম্নিগী মতুংদা
য়োনবগী রা লেপ্পরবা মতুংদা
ঐখোয়গী য়ুমহু য়োনখি।

শোগা শেলগা শিন্নখি।
অনৌবা মপু অহুদা
কা খুদিংমক য়েংহনখি।
অহুগা কা অমদা ঐখোয়না থেংনখি
হূই অহুগী অশিবা হকচাং।

হূই অহুনা খোংবা ঐ খক তাখিদ্রে।
মাগী অশিবা হকচাংগী মনমহুতা ঐ নীংশিংলি।
মনম অহু হৌজিকসু ইপক্তা পক্ত্না লৈরি
ঐনা শোক্লুবা খুদিংদগী মনম অহু লাক্লি।

হন্দোকপা ঃ রাজকুমার মণি

[ জীবনানন্দ দাশ (১৮৯৯-১৯৫৪ ) বাংলা কবিতাগী জগত্তা থোইদোকপা শক্তম অমনি, রবীন্দ্রনাথ অমসুং নজরুলগী অকনবা ঈচেলদা অনৌবা ঈনোৎ অমনি। মহাক্কী রোমান্টিক কল্পনা, লৈশিং লৈথোনবদা শীজিন্নবা খুদমগী মওং অমসুং লোইরোইনবা ছন্দগী ঈপোম তোপ তোপ্পি। কবিগী শৈরেং লাইরিকশিংগী মনুংদা পনবা য়াই— "রূপসী বাংলা", "বনলতা সেন", "মহাপৃথিবী", "ধূসর পাণ্ডুলিপি", "ঝরা পালক", "সাতটি তারার তিমির" অসিনচিংবনি। ]

# বনলতা সেন

চহী লিশিং কয়া চৎলক্লি ঐহাক মালেমগী লম্বীদা
সিংহল সমুদ্রদগী অহিংগী অমম্বদা মালয় সাগরদা
কোয়রুরে কয়া ঐহাক, বিম্বিসার অশোক্কী মপ্পিরবা জগৎতা
মতুদসু লৈরম্মী ঐহাক; মতুদগীসু লাপ্পা বিদর্ভ নগরদা;
চোকথরবা থরায়নি ঐহাক, মাইকৈ মরিদা পুন্সিগী সমুদ্র ঈথক,
মিৎকূপ অনীতং পেলহল্লম্মী ঐবু মানা, নাটোরগী বনলতা সেন।

শম্নাং মাগী অহুঙৈগী মম্নবা বিদিশাগী অহিং,
মায়থোংনা মাগী শ্রাবস্তীগী য়েক-খোৎপা; লাপ্লবা সমুদ্র ঈমায়দা
নৌরেল তেক্লবা লমমুক্লরবা "হীরোইনা" স্নেংবগুম

শংবানবা নাপীগী লৈবাক উবদা দারুচিনি-ঈথৎকী ময়াইদা
অহুম্না য়েংলম্মী মাবু অমম্বদা; হায়রকই মানা,"কদায়দা লৈবিরুবগে
অম্নুক কুইনা ?"
চেল্লাচাগী মহুমগুম য়েংখৎলকখি মিৎস্নাহুনা নাটোরগী বনলতা সেন।

অমুক-নুংথিল চপ্লা হৌখ্রগা লিক্লাগী খোম্থাংগুম
য়াচংবা য়ৌরকই; মশাদগী নুংশাগী মনম তৈথোকই উমাইবী,
পৃথিবীগী মচু পূম্বা মুৎখ্রগা নোহৌননা ইননবা থৌরাং চথ্বরকই
মতম অহুদা রারীদমক তন্দনগী মচু-মমেন্না ইরং-ইরং;
পোম্বী পূম্বা হল্লকই মরানয়াইদা—তুরেল পূম্বা—লোইশিল্লকই
পুন্সিগী লৌথোক-লৌশিন কারবার খিবিক;
ওায়হৌরি অমম্বতং, মায়োক্লনা ফমিন্নবা বনলতা সেন।




হন্দোকপা: এন, কুঞ্জমোহন সিংহ

# অনুবাদকশিং

**এলাংবম দীনমণি (১৯৪০—) :** এম,এ, পিএইচ, ডি, হিন্দী শিক্ষণ পারঙ্গতনি। ৱারীমচা, কবিতা, লীলা, (ফম্বাক, রেডিও অমদি টি.ভি গী), সাহিত্য নৈনবা অমদি ৱারেং দা খুৎ থারক্লি। ১৯৮২ দা সাহিত্য একাদমি, ১৯৮৫ দা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমি, ১৯৯৩ দা আকাশবাণী গী বেস্ট হ্যুমরস প্লেরাইট মনা ফংই। মণিপুর য়ুনিভরসিটিগী মণিপুরী বিভাগতা প্রোফেসর ওইরি।

**অরিবম কুমার শর্ম্মা (১৯৪৩—) :** এম,এ, বি,টি, রাস্ত্রভাষা রত্ন। শিনফম — কলেজগী ওঝা, হৌজিকনা ষ্টেট লিয়াইজোঁ ওফিসার (এন, এস, এস,) ওইরি। শৈরেং ই, লাইরিক অমা ফোঙলে, সমালোচক, অনুবাদক অমসুং সম্পাদকনি।

**লনচেনবা মীতৈ (১৯৬১—) :** হৌজিক ডি, এম, কলেজ আর্টস অমসুং কমর্স কী হিন্দী বিভাগতা ওঝা ওইরি। শৈরেং লাইরিক অনী, ৱারী মচাগী লাইরিক অনী ফোঙখ্রে। ১৯৯৩ ইংদা অইবসিগী "য়েংলু য়েংলুবদা" কৌবা লাইরিক্তা যোগেন্দ্র নীংশিং সনাগী মেদল ফংখি।

**লৈমপোকপম দামোদর সিংহ (১৯২৯—) :** ইম্ফাল কলেজগী প্রিন্সিপাল ওইনা সরকারগী থবক্তগী পোথাই। মণিপুর স্টেট কলা একাদমিগী সেক্রেটরি ওইরম্মী। সমালোচক, অনুবাদক অমসুং ইডিটরনি।

**আই আর, বাবু সিংহ :** হৌজিক মণিপুর য়ুনিভরসিটিগী মণিপুরী বিভাগতা ওঝা ওইরি।

**ডাঃ এস, তোম্বা সিংহ (১৯৫০—) :** মণিপুর য়ুনিভরসিটিগী মণিপুরী বিভাগকী প্রোফেসরনি। অইবা, লিঙ্গুইস্ট অমসুং অনুবাদকনি, মণিপুরী অমসুং হিন্দীদা লাইরিক কয়া ফোঙত্রে।

**রাজকুমার মণি সিংহ (১৯৩৯—) :** এম, এ, এল এল বি; ধনমঞ্জুরি কলেজগী ওঝা ওইরম্মী। হৌজিক ইম্ফাল অরবান কোওপরেটিভ বেঙ্কগী জেনরেল মেনেজর ওইরি। ইং ১৯৯০ দা স্টেট কলা একাদমিগী সাহিত্যগী মনা ফংখি। অঙাংগী সাহিত্য, রারীমচা ই, অনুবাদ তৌই।

**এন, কুঞ্জমোহন সিংহ (১৯৩৫—) :** মণিপুর কলেজদা ইকোনোমিক্সকী ওঝা ওইরম্মী। থৌবাল কলেজ অমসুং বিষ্ণুপুর সিঃ আইঃ কলেজদা প্রিন্সিপাল ওইরম্মী। হৌজিক কাউন্সিল ওফ হায়ার সেকেণ্ডরী এডুকেসনগী সেক্রেটরি ওইরি। মহাকী রারীমচাগী লাইরিক "ইলিশা অমগী মহাও" সাহিত্য একাদমিগী মনা (১৯৭৪) ফংখি। অইবগী অতৈ লাইরিকশিংদি— "চেনখিত্র ঈচেল", "থরানমিচাক অমনা কেনখিবা", "সোভিয়েৎকী লৈবাক্তা" "জি-ডি-আর ডাইরি" অসিনচিংবনি।

